# য়েনলোন্-য়েলহেন্



সম্পাদক :— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
পণ্ডিত/মাইচৌ

# য়েনলোন্-য়েলহেন্




সম্পাদক :— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
পণ্ডিত/মাইচৌ

অফোঙবা ঃ—

খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী

মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিএসন

হেড ওফিস ঃ— নাউরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই।




ফোঙবা ঃ— ৩০ । ৪ । ১৯৯৮ ইং

কপি মশীং ঃ— ১১০০

মমল কাচ্চা ঃ— লুপা ২৫.০০

,, পাকা ঃ— লুপা ৩৫.০০



---

নম্ফম ঃ— কৌমু প্রিন্টিং প্রেস নিয়ার ডিঃ আইঃ সিঃ, ইম্ফাল।

# থাগৎচবা

মৈতৈগী লাই ওইশ্রবা অশৈবশিংবা ইবিহুনা থম্বীরম্লিবা য়েনলোন, য়েনহেন, লৈরোম্নচিংবা নৈনজরুবদগী মখোয়গী কবিত্ব শক্তিবু থাগৎচবগা লোইননা মখোয়গী মফমদা হন্না হন্না পুনেমজরি।

থা ১২ (তরানিথোই) গী ওইনা শা-ডা, মনা মশীং চাহৈদবা, চিলহৈদবা লৈশিংগী মরমদা শন্দোক্লা ইবিহুনা থম্বীরম্বা, থাবান তুম্নিং ৩০ নিগী ওইনা চাহৈ চিলহৈদবা লৈশিংনচিংবগী মরমদা য়াম্না কূপ্না মচা তানা তুংগী চারোল-শুরোলগীদমক্তা ইহুনা থম্বীরম্লিবসি মমল নাইদ্রবা পোৎনি হায়না লৌজরি।

য়েক ৭ (তরেৎ) শলাই ৯ (মাপল) গী য়েনহেন্নচিংববু ইহুনা থম্বীরম্মী। লোইননা মীপুম খুদিংমক্তা চিনফা পুনরি। মরম পুন্নক য়েংলুরগা মচা মশু ওইবা শ্রীখোয়না মখোয়গী মফমদা শ্রদ্ধা ভক্তি কৎচরি।

লোইননা লাইরিক অসি ওইনবা আর্টিকলশিং খোমজিনবদা হরাউনা য়াবিরকপা এগী ইয়াম্বা পণ্ডিত, য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র, পণ্ডিত, মোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ, শ্রীমোইরাংথেম নরেন্দ্র অমসুং অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা পণ্ডিত অনিবুসু থাগৎচরি।

অরোইবদা য়েলহেন হায়বদি--- "থা ১২ গী ওইনা শা-ডা চাহৈ-চিলহৈদবা লৈশিং" অসিবু খোমজিনজবদা য়াবিহুনা লাম্বোকপিরিবা ইচা শ্রীনাউরেম্বোইবম ইন্দ্রমনি রিসর্চ স্কোলরবুসু হন্ন হন্না থাগৎচরি।

অশোয় অভাম য়াউরম্বা থিবিক পাব্বীরিবশিংনা ভাকপীরক্লবদি হরাউনা ফিগাট্ট শানা লৌজবগা লোইননা মখাংগী থুংনমদা চুমথোকচগনি।

—সম্পাদক।

---

# ছিরম লামাই

# অরেংবগী ৱারোল

## পুন্সিরোল

মমা মপাশিংনা, মখোয়না পোকচরিবা মচাশিংবু অহূ চাউনবা য়োক্লগা, চহি ৫ (মঙা) শুরক্লবা মতমদা, মচাশিংবু অহৌবু অফবা হুমিং থাবাক্লচিংবা য়েংলগা মহৈ তম্বীবা (বিদ্যারম্ভ) তৌহল্লি। মরম অসিনা মমা, মপা অমসুং গুরু (গুরু) শিংনা অঙাং শেম্বদা অচৌবা 'থৌদাং লৌরি। মহৈ মপুংফানা তমহল্লগা মহুং মতম চাৎক্লবা মতমদা ময়ুম মকৈ পাল্লাহনবা হায়বসি চংনবী অমা ওইবগা লোইননা মমা মপাশিংগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাং অমনি। প্রকৃতিগী শক্তম কৌরিবী হুপী হায়বসি য়াউদনা সমাজ শেমগৎপা য়াদে। হায়নবা লৈ— "No life, without wife"

থাইনা মমাংঙৈদদি ময়ুম পান্দ্রিবা, পান্দ্রিবী পাথং, নৈশাবীশিংনা মখোয়না হক্লোইরোইদবা অহল লমনশিংগী মনাক্তা চতুনা য়ুম্বাক্লোন তম্লরম্মী। অহলশিংনা মতমনৈবা খিবিক্তা "অহল মনাক্তা ফম্মু", হায়না পাউত্তাক পী। পাউত্তাক অসি য়াম্লদি চথা অহূগা য়াম্লা অর্থ লৈবা ৱাফমনি। থঙনিংবা, তমানিংবা পূম্মক অহলশিংদগী তক্লো হায়বনি। মসিগী অর্থ ঐখোয়না খঙদে। হংবু হংদ্রবদি মচা ফাউবা তাক্লবা মৈতৈগী চংনবী অমা লৈ, হায়বসি ঐখোয়না কাউরোইদবনি। অহল মনাক্তদু তত্তুনা ফম্লবা ৱারী ৱাখোঙবু তক্লনা হংলবা মহূ কাউবদা তাক্লবা ৱাফম কয়ামরুম অমসুং লৈরি।

মখোয়না তাকপা য়াদবা নরম ওইরগনা তাকপা য়াদে হায়রকপস্থ য়াউই। তাকপা য়াদে হায়রিবসি মতম নৈবা খিবিক্তা তাকপা য়াদবা ৱা অমত্তা লৈতে। চহি মতাং চারগা অহল লমন, ওজাশিংনা সেবকশিং-দা তাকপীবগী চংনবী অমসুং লৈরম্মী। মৈতৈগী চংনবীদা অরুবা মন্ত্র-যন্ত্র

তাকপী তম্বীবা মতমদা চহি ৬০ (হুক্ফু) শুদ্রিবমথৈ নহানি হায়না লৌনৈ। অদুগা য়াম্না মরুওইবা কম পায়বদা চহি ৬০ শুদ্রিমথৈ য়াদবা থরমু লৈতবা নত্তে। হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিক যুগ অসিদদি হিরম থুদিংমক্তা মমুৎ তানা তম্বা দরকার লৈ। ঙসিগী অঙাং হয়েংগী মমা, মপা শোয়দনা ওইবা তারবনি। মরম অসিনা নহারোলশিংনা য়ুম পাদ্রিডৈদা য়ুম্বাল্লোন হায়না তমথোক্কদবনি।

মমা, মপা অমসুং ওজা (গুরু) হায়বসি মী মরক্তগী মিংনা উবা লাইনি। ঙসি সংসারদা ফাউরিবা, ফাউরিবী নেতা, নেত্রী কয়া-মরুম'সি অফবা মমা, মপা অমসুং ওজাশিংগী মতেংননি। মৈতৈগী পাউরৌদা "কৈনা তোক্পা পোকপ্রা"? হায়নরিবনি। পুন্সি অসি অকনবা লানফম অমনি। অকনবা লানফম অসিদা লালঙম ফিরাল থেংনবা হোৎনবা ঐখোয়গী ইথৌনি। অসিগুম্বা লানফম অসিদা মাই পাক্নবা অকনবা তপস্যা তৌবগী দরকার লৈ।

মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী মমল য়াম্লিবসি "মতম" হায়বসিনি। মহৌশা লাইরেম্বীগী খোঙচৎপু শেমদোকপা অমদি লেপহনবা ঙম্বা কনাগুম্বা অবতার পুরুষ অমত্তা পৃথিবীদা মরু ইহুন তমখিদ্রি। সংসারদা লৈরিবা পোৎ-চৈ, শা-ঙা, উচেক-রায়া, মী-লাই, অচং-চত্র থরাই পানবা অমদি জীব পানবা পুন্নমক মতমগী মখা পোনবা ঙাক্তনি। অফবা ফত্তবা ওইরিবা পুন্নমক মতমননি। মৈতৈগী পাউরৌদা— "অতোওবদা লৈথোনবা, অকুৎপদা লৈতৌবা" হায়বসি মতম পুন্নমক্তা চুমহনতা লৈরগদবনি। ঐখোয়না ইতিহাসকী লামাই হঙ্গংনা ফাক্কতুনা য়েংলবদি উবা ফংগনি মতুদি— ঈশ্বরবু থাজবা অমদি ভুংশিজবশিংগী মঙ্কমদা ভগবান রাম্না অদুগা ভগবান কৃষ্ণনা মমা মপা ওইনা অবতার তৌই। বিষ্ণুগী অবতার ভগবান রাম, কৃষ্ণনচিংবা অসিনা অফবা পুংজাদা পোক্তুনা মীওই পোক্তা লাই ওইখিবনি। মথোয়না হৌন-লোনচৎ কয়ামরুম মীওইবদা তম্বীরম্মী।

অমরোমদা খল নায়ক ওইনা কাউরিবা ত্রেতা যুগকী রাবণ অদুগা দ্বাপুর যুগকী কলি কৌবা লাইগী অবতার দুর্যোধননচিংবা অসিনা ফত্তবা থবক তৌদুনা মীনা হ্নারগা হয়াউবা, মীনা কপ্পগা মখোয়না নোকপা পামজবা মীওই অমনম ওইনা কাউখিবনি। মখোয়দা পাউতাক পীবা য়াদে, মুণ্ডদা ঈশিং চাইবগুম্না থোকই। মখোয়না তৌরিবা থবক অদুনা খ্বাইদগী অফবনি হায়না লৌবা মীশকশিংনি। পুন্সিলোনগা মরী লৈনবা মখাদা হিরম খরদং লৈনজরি।

মৈতৈগী অহল লমনশিংনা উপাল রাপাল পাম্বী মচাশিং, মরী চৎপা অমসুং চত্তবা পাম্বী মচাশিংবুস্থ য়েন ( মনামশিং ) ওইনা লৌরম্মী। উ রা উরাই শিরবশিংদা চোংলকপা (হৌগৎলকপা) য়েনশিং— কংলায়েন, উচিনা, ভেকভেকপান্নচিংববুস্থ উদা শোই হায়দুনা উয়েন হায়না কৌনৈ।

মীওইবগী ফম্বী ( বীর্য্য ) বু য়েন হায়না শিজিন্নৈ। অদুগা নপ, নপথি, সিংশাংনচিংববুস্থ য়েনগী অর্থদা শিজিন্নৈ। উপাল-রাপালগী মনা অনৌবা চোংখৎলকপবু য়েন্নিং হুনবা হায়নৈ। কাইরেল—লমতা থা অনিবু য়েন্নিংখা হায়না কৌনৈ। শৈরাংজরি য়েললোন-য়েলহেন হায়না কৌবা লাইরিক্তা মিৎয়েং তাবিরগা য়েন করিনো হায়বদু খঙবিগনি। অদুগা অহল-লমনশিংনা পাক চাউবা অর্থদা লৈরোল হায়রগা নপাল শাংপা পাম্বী খুদিংমকপু লৈরোলগী শিংদা চনবিদুনা শৈপারম্বা থেংনৈ। মদু পুন্নমক লৈরোল লাইরিক্তা মিৎয়েং তাবিরগা খঙবিগনি।

মনা মশীংশিং অসি মীত্তইবা অমদি শা-শল, জীবশিংগী মচিঞ্জাক্নি। মীগীদি চিঞ্জাক ওইবতা নভনা পুন্নমক অসি হিদাকস্থ ওইরিবনি। অনাবা পুন্নমক্কী হৌরককম নরুদি পুক্নি। মতম চানা চাদবা, য়াম্না চাশিনবা, চাবা রাংপা অমদি চাইহৈদবা হায়বদি অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবা পোৎচৈ, চিঞ্জাকশিং চাবদগী অদুগা য়েনহেনশিং হায়বদি— য়েক ৭ ( তরেৎ ) শলাই ৯ ( মাপল ) গী য়েনহেন জাক্তবা অমসুং শাগৈ শলাই চুক শাবগী য়েনহেন মশক খঙদবগী অরা অনা কয়ানরুম

পোক্লকই। হায়রিবশিং অসি চহি অমগী হায়বদি থা ১২ গী য়েলহেন, চয়োন ৭ ( তরেৎ ) কী য়েলহেন, মুমিৎ ৩০ ( কুম্ত্রা ) নিগী য়েলহেন ভাক্রুবদি অল্পা-অনা, অনা-অয়েক কয়ামরুম ফংই হায়না নিঙ-মাঙ উরবা অহল লমনশিংগী পাউতাক অসিদা থম্ন-নৈনবা মতম য়োরে। মখোয়গী য়াথংশিং অসি ভাক্লা চৎলবদি ঐখোয় অফবা জাতি অমা ওইরক্কনি হায়নিংঙি।

## লৈশাবী

মুপী হায়রগা অঙাং মচাদগী হন্নবী কাউববু খঙনৈ। মুপীমচা, লৈশাবী, মৌনহা, মৌয়াংথাং, মীয়াই চল্লবী অমস্যুং হন্নবী হায়বসি মুপীশিংগী তোঙান তোঙানবা ফিবম ( অবস্থা ) বু মশক তাকপনি। থাগী খোংকাপ ল্যাক্লবী মুপীমচাবু লৈ শাংলে হায়নৈ। লৈ + শাৎপী হায়বা ৱাহৈ অসিদগী শমজিনখিন্তুনা লৈশাৎপীবু "লৈশাবী" হায়না কৌনৈ।

লৈ শাৎলবী ( লৈশাবী ) শিংগী পুন্সিদা অৱাবা অমদি মুংঙাই ৱাইযগদৌবা, অৱাবা খুদোংথিবা ওইরক্কদবা, ফিবমশিং অতু থা ১১ গী ওইনা অমদি চয়োন ৭ নচিংবগী লৈ শাৎপগী মঙয় মথাদ নৈনরি।

থা ১২ গী মমুংদা মুপীগী লৈ শাৎপগী ফলশিং ঃ—

১। শজিবু থাদা লৈ শাৎলবদি মুংশিবা ৱা ঙাংবা হৈবী ওই।

২। কালেন থাদা লৈ শাৎলবদি লুপ্রাবী ওই।

৩। ইঙা থাদা লৈ শাৎলবদি লন লৈবী মুপী ওই।

৪। ইঙেন থাদা লৈ শাৎলবদি মচা শিগনবী মুপী ওই।

৫। থৱান থাদা লৈ শাৎলবদি নাগনবী মুপী ওই।

৬। লাংবন থাদা লৈ শাৎলবদি মচা শিগনবী মুপী ওই।

৭। মেৱা থাদা লৈ শাৎলবদি শাগৈ মাংহনবী মুপী ওই।

৮। হিয়াঙ্গৈ থাদা লৈ শাৎলবদি ধর্ম চেনবী (লৈবী) মুপী ওই।

৯। পোইন্তু থাদা লৈ শাৎলবদি ইৱাং পাম্বী মুপী ওই।

১০। ঋাকচিং থাদা লৈ শাংলবদি মপুরোইবা নিংবী মুপী ওই।

১১। ফাইরেল থাদা লৈ শাংলবদি চায়াম পোকপী মমা ওই।

১২। লমদা থাদা লৈ শাংলবদি ময়াই কাবী মুপী ওই।

চায়োন ৭কী ক্রমশিং ঃ—

১। নোংমাইজিং মুমিত্তা থাগী অহানবা খোঙকাপ লাক্লবদি লুপ্নাবী ওই।

২। নিংথৌকাবা মুমিত্তা থাগী অহানবা খোঙকাপ লাক্লবদি মপুরোইবা নিংবী ওই।

৩। লৈপাকপোকপা মুমিত্তা থাগী অহানবা খোংকাপ লাক্লবদি ওকুবী ওই।

৪। য়ুমশকৈশ মুমিত্তা থাগী অহানবা খোঙকাপ লাক্লবদি লাইবক-ফবী ওই।

৫। শগোলশেন মুমিত্তা থাগী অহানবা খোঙকাপ লাক্লবদি লন চেনবী ওই।

৬। ইরাই মুমিত্তা থাগী অহানবা খোঙকাপ লাক্লবদি চায়াম পোকপী ওই।

৭। থাংজা মুমিত্তা থাগী অহানবা খোঙকাপ লাক্লবদি অথুংবী ওই।

থাবানগী মঙ্গুং ইনবা ক্রমশিং ঃ—

১/১৬ নোংমা পানবদা ঋতু লাক্লবদি লাইবক ফবী মুপী ওই।

২/১৭ নিনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি মপুরোইবনা চানবী ওই।

৩/১৮ ছুম্নি পানবদা ঋতু লাক্লবদি কৈ, লাইনা চেন্দবী ওই।

৪/১৯ মরীনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি রা ভাংবা হৈবী মুপী ওই।

৫/২০ মঙানি পানবদা ঋতু লাক্লবদি লাইবক ফবী মুপী ওই।

৬/২১ তরুক্নি পানবদা ঋতু লাক্লবদি মরুপ্পী থম্বী মুপী ওই।

৭/২২ তরেৎনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি লক্ষ্মী চেনবী মুপী ওই।

৮/২৩ নিপালনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি লাইনা চেনবী ওই।

৯/২৪ মাপলনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি লুপ্রাবী ওই।

১০/২৫ তরানি পানবদা ঋতু লাক্লবদি অফবা মচা পোকপা ওই।

১১/২৬ তরামাথোইনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি মচা শিগনবী ওই।

১২/২৭ তরানিথোইনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি অতোপ্পা মুপা ভাংনবী ওই।

১৩/২৮ তরাহুমদোইনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি অফবা মচা পোকপী ওই।

১৪/২৯ তরামরিনি পানবদা ঋতু লাক্লবদি তথক-তথকপী মুপী ওই।

১৫/৩০ তরামঙানি পানবদা ঋতু লাক্লবদি ইনাক কৈরাক খুনবা মুপী ওই। থাশি মুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি অশি অনা নংই।

## নক্ষত্রগী মতুং ইনবা ফলশিং ঃ—

পূর্ব্বফলগুনী, পূর্ব্বষাঢ়া, পূর্ব্বভদ্রপদ, ভরনী, অশ্লেষা অমসুং আর্দ্রা নক্ষত্রশিং অসিনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লুপ্রাবা ওইগল্লি। মঘা নক্ষত্রনা পানবা মতমদা ঋতু লাক্লবদি অবা অনা নংগননী ওই। পূনর্ব্বসু নক্ষত্রনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লমচং মাঙলবী মুপী ওই। কৃত্তিকা নত্রগা জ্যেষ্ঠা নক্ষত্রনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লাইরবী মুপী ওই।

## যোগগী মতুংইনবা ফলশিং ঃ—

বিষ্কুম্ভ যোগনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লাইবক থিবী মুপী ওই। অতিগণ্ডনা পানবা মতমদা লাক্লবদি অথুংবী ওই। শূল যোগনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি অরেং অথিন তৌগল্লি। গণ্ড যোগনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি অতোপ্পা মুপা ভাংনগনবী মুপী ওই। ব্যাঘাট যোগনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মশাবু মশানা হাংকল্লি। বজ্র যোগনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি অনিংবতা তৌবী লমচং ফত্তবী মুপী ওই। পরিঘ অমসুং ব্যতীপাত যোগনা পানবা মতমদা অমুগা বৈধৃতি যোগনা পানবা মতমদা

অহানবা ঋতু লাক্লবদি মপুরোইবা হাৎপী মুপী ওই। অসিনচিংবা মখল মখা কয়ামরুমগী ফললিং ফংই।

**করণগী মতুং ইনবা ফলশিং ঃ—**

বব করণনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি অখুংবী মত্রগা লুপ্রাবী ওই। বালব করণনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মচামুপী ময়াম পোকপী ওই। কৌলব করণনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মশক ফজবী মুপী ওই। তৈতিল করণনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মীনোক ফজবী মুপী ওই ; মতুংদা মাংনিংঙাই ওই। বনিজ করণদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মচা শিগনবী ওই। বিষ্টি করণদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি অখুংবী অচুগা লায়রবী ওই। শকুনি করণনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মখোঙ মরী পানবা ফংজে। কিস্তুঘ্ননা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লুপ্রাবী ওই। নাগ করণনা পানবা মতমদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি অতোপ্পা মুপা পামগনবী মুপী ওই।

**লগ্নশিংগী মতুংইনবা ফলশিং ঃ—**

মেষ লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লমচৎ ফত্তবী মুপী ওই। বৃষ লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মীতোপ্পা যুম্বান্নবা মুপী ওই। মিথুন লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি ইনাক খুনবী ওই। কর্কট লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লমচৎ ফত্তবী ওই। সিংহ লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মচা মুপা ময়াম পোকপী ওই। কন্যা লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি ইনাক কৈরাক খুনবী ওই। তুলা লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি তুংগী পুরোন উবী অশিংবী ওই। বৃশ্চিক লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মপুরোইবা নিংবী ওই। ধনু লগ্নদা অহানবা শরুক্তা ঋতু লাক্লবদি লমচৎ ফত্তবী ওই। ধনু লগ্নগী মতুংগী শরুক্তা অহানবা ঋতু লাক্লবদি মপুরোইবা নিংবী ওই। মকর লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি নাপল চাউদবী ওই। কুম্ভ লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লাইরবী ওই। মীন লগ্নদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি লমচৎ ফজবী মুপী ওই।

## দোষ ক্রোক্নবা শান্তি ঃ—

থাগী দোষ লৈবনা চিনি অভাংবা, নুমিৎকী দোষ লৈবনা চেঙ, নক্ষত্রগী দোষ লৈবনা মণি, যোগগী দোষ লৈবনা থোইদিং অমসুং সনা, থাবানগী দোষ লৈবনা শনবী, করণগী দোষ লৈবনা সনা অমসুং লগ্ন দোষ লৈবনা শল লাবা দান তৌগদবনি। দানগী পোৎলমশিং অসি গ্রহ বিপ্রদা পীগদবনি, মন্ত্র নত্রবদি ফল ফংদে।

## লুহোঙবা ঃ—

মীওইনা পোক্নবা মপোকতা য়ুম পানবা হায়বা অসি চাদা নাউদা শমথনবগীদমক্তা তৌদবা য়াত্রবা য়াম্না মরু ওইবা থৌরম অমনি। মরম অদুনা শাস্ত্রনা য়াবা নিয়মগী মতুং ইননা লুহোঙ থোংদোংদুনা ইশা ইশাগী অমদি সমাজগী য়াইফনবা হোৎনবনা নাগরিক ওইবা ঐথোয়গী তৌদবা য়াত্রবা থৌদাংনি। মী অদুনা পোকপা নুমিৎকী থরানমিচাক, মপোক থা, মপোক নুমিত্তা মচানুপা, নুপী কোকহল লাইদুনা লুহোংবা অফ-ফত্তবা ফল য়াম্না পাক চাউনা লৈ। মদুদা নৈনজররোই, শনত্তক্না য়ুম্বাল্লিবা নহা-রোলশিংনা ভাক্তবা য়াদবা নিয়ম থরা মথাদা লৌথৎচরি। হিরমসিদা ঐনা য়াম্না খত্-হৈরদুনা মীয়ামদা পাউতাক পীবা নৎচদে। জ্যোতিষ শাস্ত্রদগী লৌথৎচদুনা নৈনজবনি। মসিদা ব্বারোবিরোই নিংজৈ।

## ফমদিম্নবা ফত্তবা মতম ঃ—

য়ুম পাল্লবা নুপা নুপী অনিমক্না মতম লৈবা খিবিক্তা ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা থমগদবনি। পুন্সিরোলগা মরী লৈননা ফমদিম্নবা ফত্তবা অমসুং অকবা তাক্কক থরা নৈনজরি।

নুপা নুপী তিম্নবদা মথল অদুমগী গণ্ডান্ত ( নক্ষত্র, তিথি অমসুং রাশি গণ্ডান্ত ), জন্ম নক্ষত্র, বধ তারা, মূলা, ভরণী, অশ্বিণী, রেবতী, মঘা হায়রিবা থরানমিচাকশিংদা, গ্রহন লাকপা নুমিৎ, ব্যতীপাত-বৈধৃতি যোগ, মমা, মপাগী শোয়াৎ নুমিৎ, নুংথিলগী মতম, পরিঘগী অহানবা শরাক্, উৎপাতযুক্ত নক্ষত্র, জন্ম লগ্ন নত্রগা জন্ম রাশিদগী অষ্টম লগ্ন,

পাপযুক্ত নক্ষত্র নত্তগা লগ্ন, ভদ্রা ( ২ । ৭ । ১২ ), ষষ্ঠী, পর্বতিথি ( ৮ । ১৪ । ৩০ । ১৫ ) অমসুং সূর্য্য সংক্রান্তি, (৪ । ৯ । ১৪) পানবা থাবানশিং, সন্ধ্যাগী মতম, লৈপাকপোকপা, নোংমাইজিং অমসুং থাংজা ময়মিং, চাকথুম থোকপা ৪শুবা মুমিৎশিং অসিদা মুপা, মুপী তিন্নবা ফত্তে।

অতুগা উত্তর অহুম মৃগশিরা, হস্তা, অনুরাধা, রোহিণী, স্বাতী, শ্রবনা, ধানিষ্ঠা, শতভারা হায়রিবা নক্ষত্রশিংদা, শুভ গ্রহনা কেন্দ্র-ত্রিকোন-দা লৈবা (১।৪।৭ ১০।৯।৫) নি পানবদা পাপ গ্রহনা (৩।৬।১১) শুবা মফমদা লৈবা, পুরুষ সংজ্ঞক্ গ্রহ ( রবি, মঙ্গল অমসুং গুরু ) না লগ্নদা য়েংবা অসিগুম্বা লগ্নদা, বিষম রাশি ( মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, কুম্ভ, মেষ ) গী নবমাংশদা চন্দ্রনা লৈবা অমসুং সম ( ৬।৮।১০ অসিনচিংবা ) অহিংশিংদা গভ পাবা ( মুপা-মুপী তিন্নবা ) ফৈ। অমসুং চিত্রা, পুনর্বসু অমসুং অশ্বিনী নক্ষত্রশিংদা মরূ তুনবা য়াইমরপ ওইনা ফৈ। মুপা মুপী অনিগী মপোক মুমিত্তসু তিন্নবা ফত্তে।

থা ১২ গী ওইনা চাহৈদবা পোংচৈশিং, চিলহৈদবা লৈশিং, মুমিং ৩০ গী ওইনা চাহৈদবা শা ভাশিং, চিলহৈদবা লৈশিং, মুমিং ৭ কী ওইনা চাহৈ-চিলহৈদবশিং অমসুং মুপা-মুপী তিন্নবা ফত্তবা মতমশিং অসি ভাক্লা চংপীরবদি অফবা মচা মশু শোয়দনা পোক্লত্তুনা সমাজগী অফবা ওইগনি।

## অৱানবা চুমথোকপা

অৱেংবগী য়ারোল-পুস্সিৱোলগী মতাংদা লানখিবা ঃ—

| | অৱানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|
| পরেং ৭ | নত্তমদা | মত্তমদা |

লাইরিক অসিগী ৎহাডিংগী শরুক্তা অয়াম্বা ওইনা অদুগা মৱক্ মৱক্তা লানখিবশিং অদু মথাগী অচুম্বা মওংশিং অসিদা পাবিনবা নিংশিংজরি ঃ—

"য়েনাহেন" বু "য়েল্হেন্"

"য়েনাহেল" বু "য়েল্হেন্"

হায়না পাবিয়ু।

-সম্পাদক্

# ১। থারোন

শিন্দোকপা :— থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
"পণ্ডিত"/নাইচৌ"

অঙ্গি ঙৌঙ্গিক্তি থারোন হায়গে।

লোইদাম থাজ পাখংবা, কুমজা মরুবা, অাইদে ভুইরেন য়াই। ঙুংনাং য়াইবীরেন শিদবা য়াওরা থা নিংথৌ. মঙান লিক্লা উনগোর হীনা ভুইত্রু মপোপ চাও। ভিক্লোই মনা লেক্ক য়াই, থরায় নিংশা ঙোল্লিবা অচৎ চৎভা পুন্নমক্। পাঙল ভেঙ্‌বাং য়াইমরু, থাজা কোন্লোয় মমিং থোং ১২ (ভরানিগোই) মদী নমু পোং ওইবা পুন্নগী হওন মরমচং, লোইদাম থাজা চৈহৌ পা। থবি লমদা থা-ওঃ কৌবদী কদৌনোংগনো ?

খোইয়ম নোংদমলিবা লাইয়িংথৌনা, য়েঙ্গিবু খোইমোম্ লাই-রেম্মা, মালেম ভূম্পাক্ লয়নরেন শিদবীনা ভাইবঙ্ নোংসাপান পুন্নমগী ভাউজিং হয়রম থারিবা, সিঙলেন লৈরম থারিবা সংলঙ য়েল্লম থারিবা মরু পুন্নমবু, লৈভারবগি মালেম লয়পাক্ মনম সিন্না থাদিরে হায়নগী দসক্ থবীওভৌনা কৌএ।

মরু সিঙথারিবা পুন্নমনা, মরা মালেম লৌচংকে, মপাল উ নাইগে হায়বগী হয়রাঙ্ মরু কায়রে হায়বগী নমথাঙ্গি ওঃ কৌএ। লোইদাম্ থবী লমদা থা-ওঃ ভৌনা কৌএ।

লোইদাম চিনবী শঙ্গিফোঙ্গ থা-ওঃ কৌবদী কদৌ নোংগীনে ?

চীঙঙ্ মপুরেন, খোইয়ম মপু নোংদমলিবা লাই মরু শিদবনা, মালেম্ লয় ওইবা, কোরৌ নোং ওইবা। য়াঙবী শিদবগী চৌরেন লাংয়েল মাপালমবু, মচী পানফোই খোক্রে হায়নগী, লোইদাম শঙ্গিফোয় থা-ওঃ ভৌনা কৌএ।

লোইদাম কালেন থা-ঙঃ কৌবদী কদোনোংগীনো ?

ইয়ুরা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না লয়মুং খোংফাং অংানবনা, খমলয় মীনুংকোন, শরা মীথুরোলগী, মালেম থুনফাওরকপদা, মপারি সিঙদনুং তবুংশিঙ্মিংনবদি, লরাই লেনফু থোঙজাও হাংনা কাখিরবগীদমক্. তনুং সিঙমিংনবদি, অমন সিঙশুমখিরে হায়দবরা ?

অদু নোংগী নোংজু নোংসা খাঙলবগীদমক্, অদু নোংগীবু কালেন থা ঙঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম অশাউ থা, ইঙা থা-ঙঃ কৌবদী কদো নোংগীনো ?

চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোনগি নপারি তবুংশিঙনিংনবদি, অনন থমলয় কুন্না নোংমল্লবগী, চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না রা ওইখিএ। ঐবুদী তাইবঙ্ মনুং ওইনবা নোংদমও হায়রবদী করি রানো ? পারি তবুংশিংমিংনবু নোংমল্লে হায়বগী। য়াইবী মনুংহও, তিল্লাং মখোয় শ উনা রা ওইখিএ।

অদু নোংগীবু অশাউ তৌনা কৌএ। নপারি তবুংশিঙমিংনবু, মমম্ মসোং চাউরে। ইঙা নংজাউ থা, থোংলেন লয়শিনম্, লোইদাম কুমদম থা-ঙঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম ইংগেন থা-ঙঃ কৌবদী কদোনোংগীনো ?

ইয়ুরা চীঙখোঙ্ পোইরৈতোন নপারি শিঙ্তুং শিঙদনুং তবুংশিঙ্-মিংনববু, অমন শীঙথুমখিরবগী, লয়মুং থোঙ্জারেন অহনবদা রাজুংলরে হায়দবরা ?

লয়মুং থোঙজারেন অহনবনা, নাউরা নঙদী কনানো হায়না পাউহংঙামএ। ঐদী চীঙখোঙ্ পোইরৈতোনগী মপারিনে। লয়মা লৈনাউতাবী পায়মা লিনগোয়গি তবুংশিঙমিংনবা কৌবদি ঐনে হায়না পাউথুমখিয়ে। নপন্দি নপারি থাইন য়াম মমোন্ তোক্না হক্রবদি, উরেপ কনানা চাখিনবা। ফমলেন কনা লুক্তোম্লরগবনো। তাইবঙ্ অমরক্ হলরাইখিও। হায়না মেল্লৈ সনা রাহুইরাং নেন্দোন পোকপু, শীঙলেন

খুত্তা শুনা পাউথেমগ্ডামএ। থমলয় মীম্ন্নুংকোন, শন্না মীখুরোলগী লেঙনা থোনা হুলরাইরকএ।

অহু নোংগিবু, লোইদাম হারেং নিংডেন ( ইংন্ ) থা-ওঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম থরান থা-ওঃ কৌবদী কদৌনোংগিনো ? য়েয়বু খোইমোম লাইরেম্মা, লয়মরেন শিদবীনা পাউমেনখিয়ে। খোইমোম্ লাইনিংথৌ চীঙঙ্ লাই মরু শিদবও ! তাইবঙ্ মনুং ওইনবা চীঙঙ্ নথৌচানগী উলবী মচেঙ্ হকমা ওই, লৈরাং ইম চঙনববু, চীঙঙ্ নঙগি শমু হকচাংলেনবু পুঙনদরে। হায়না তংনা রান্না খাঙলময়ে।

অহু নোংগিবু লোইদাম থরান থা-ওঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম অচিং লাংবন থা-ওঃ কৌবদী কদৌনোংগিনো ? ইযুরা চীঙ্খোঙ্ পোইরেত্তান্না, লয়নুং খোঙফাং অতোনবনা, মালেম খুনফাওরক্ডৈদা, মানবী হয়রোম্ কাও, নোংদম যণ্ নোংপোক্ চীঙ্থং শলাই মানবনা, থৌহু নুঙ খোঙ্ হাংডৈদা মপারিবু চিংনা হাংথরময়ে। শম্বোঙ্ ওইময়েল অখোম্ শীঙ ভুং য়েনদ্ চিংথরমএ।

অহু নোংগিবু লোইদাম অচিং লাংবন থা-ও তৌনা কৌএ।

লোইদাম মেরা থা-ওঃ কৌবদী কদৌনোংগিনো ? লয়নুং থোঙডাবেল অহলবনা, শরা কংলয় পুঙফাবনা চীঙ্খোঙ্ পোইরেত্তান মপারি তুরংশীঙ্মিংনবদা পাওমেল্লকএ। নপাল চীঙ্খোঙ্ পোইরেত্তান্না, থৌহু নুংখোঙ হাংন মন্ মানবী কাওশোম যণ্ চীবঙবা। চীঙ্থং শলাই মানববু, মরোঙ চৈগাতমনা, কংলয় শাঙ্গী তানও, খোইয়ন লাই অরিশবু, চীঙ্খোঙ্ নামি য়োক্না, রাংবন নশন কন্নওঃ হায়রকএ।

অহু নোংগিবু লোইদাম অরে মেরা থা-ওঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম্ চিকথম্ হিয়াঙ্গৈ থা-ওঃ কৌবদী কদৌনোংগিনো ? খোইয়ম্ লাইমরু অসুপ্পা কৌবরেন শিদবনা মালেম লয়সেন্নবু মালেম লয়রেপকা. কোরও নোংলেপ লোইরবগা, কালবী অশাওতম্, উনথম্

অচিক্ খায়না, মালেম লয়রেপ লোইরবদা, মালেম লয়সেমখাক, লেমহৌ-ববু ( লেমলওববু ) চীঙঙ্ মপুরেন, নামুংবদা থুপা থমলম্লে।

অছু নোংগিবু লোইদাম্ চিকথম্ হিয়াঙ্গৈ থা-ঙঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম উনথম্ পোয়ন্থু থা-ঙঃ কৌবদী কদৌনোংগিনো ? চীঙঙ্ অতিয়া শিদবনা, মপারি অহুম্ শাংলবদা, ইপারি অভম্মনা, চীঙঙ্ ইতিক অরুববু, কনানা শানখঙ্ ঙম্বনো হায়না খোইয়ম মশক ওন্না অরাং কুরুম্ চীঙ্ মঙন্দগী শাম্বরকপদা, মপারি অনিমদী খঙ্ঙমদে খোইয়ম মপারি সনা খোম্মদোন অতোনবনা চীঙঙ্ মতিক খঙঙামলবগি, উনবী পরৈ চেংনা থনমলে।

অছুনোংগিবু লোইদাম উনথম্ পোয়ন্থু থা-ঙঃ তৌনা কৌএ।

লোইদাম রাকচিঙ্ থা-ঙঃ তৌনা কৌবদী কদৌনোংগিনো। খোইয়ম্ শিদবনা, খোইমোম লাইরেম্মদা, তাইবঙ্ নোংসাপানগী, থরায় নিংসা হোল্লিবা পুন্নমবু নোংদম্বিগে হায়বগি, চীঙঙ্ থোজাল লীয়েংনা, লৈরাং য়ুমজঙববু, অরা হুইরাং শোল্লবগী, চীঙঙ্ নামুংবদী অরা ইশৌ লাংনা থাঙলমএ।

অছুনোংগিবু লোইদাম্ রাকচীঙ্ ইনথম্ থা-ঙঃ কৌএ।

লোইদাম অশিং ফাইরেন থা-ঙঃ তৌনা কৌবদী কদৌনোংগিনো ? খোইয়ম লাইনিংথৌ মালেম ভমপাক লয়সেম্বনা, তাইবঙ্ নমুং এইহনগে হায়বগী, নমু তাইবঙ থরায় পাল্লিবা পুন্নমবু, হাকোক্ হাথগে হায়বগি, খোইয়ম্ পায়মা মনিংশা, মালং য়াইবীরেমা, মালেম ভম্পাক লয়নেম থকী থরায় পুন্নমবুসুং, মালং য়াইবী চৈরোয়নন, হুনজিল্লক্লে হায়বগীদমকপু

লোইদাম অসিং ফাইরেন থা-ঙঃ তৌনা কৌয়ে হায়দবরা ?

# ২। য়েনলোন

শিন্দোকপা :— যুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র

## ১। সিং

মরম লম্লেল মাত্রাইমা লম্লেল য়োংম্ খুল মহৌ ফাইবোকচীং নোয়পী নোংতম্নেচীং। শাপী ভাইনোকচীং য়োংম্ শারমচীং। পোক্টিংরোক ৎংকাচম্ব শৈরোনচীং। কোনতে খুংচুম মাইপা লাইকনচীং; মহৌ ফাইবোকচীংত: পানপা য়েন। মংলৌ য়েন "সিং" পু লৈএ।

মপনলোন * লীক্লা পীচ নোংৎম্ব লিনকোইকি, লুরাং খোইতোন মানংোমপা মানতোম অহনপাকা, ৱাংথং মারোয়নন। পোমপু তুংইন্নন; ৱুমি খুম্ভাম্ব শীংখাঙ নাইমে য়েম্না চীংথাং খুংয়োন থাপপ্ত ইনত্রাল্লকপত্ত। লুরাং লোইনাই য়াঙশ ভানপপু; য়োক্টপু খোইমোম্ লাইরেলন। মালেম লৈরেপ সেমপা, য়েইপু কোনফম লৈতকপী, মানফম লৈতেমপীনা ৱারংনঙমএ। লুরাং লোইনাই য়াঙশা ভানপও: লম্লেন্ য়োংমুখুল মহৌ ফাইপোকচীং অসিন্তে। য়ারৌ শ, মচামম্তু নম্পোং মচাম্নং ফংফত্তপা রায়নে। য়ারৌ শাখুন লীনফম, য়াংলৈ ভাঙপা জুইমাঙ্কন নম্ পোংথোক হায়পতি অসিনে। ফনৱাইথিয়া ফায়না চৈরংনখিএ।

খোইমোম মানফম লৈয়েংপীনা, লুরাং লোইনাই য়াঙশা ভানপও! খোইমোম চাংচৌ ইখুংফাং মঙান। ওইপিপা "সিং" হাওমন য়েং-ওই কোনফবা ভাইরোং শীংমি য়েংনা নমফপা অসিপু; লুরাং নয়ুম নাক্রা নোংপান নমীয়োক লুরাং নরান কন্নরুও। এৈনা পীয়ে হায়কুনে। খোয়নৌ ঈংারোয় পীমা য়মা থাওও ভাইখোং লুপী ভ.মারা খমতিং লুপীনা পীয়ে হায়রুও। অম্ভুম পীখংঙমএ। পীখং সিংপু তানলোয় মরুমপী খোইচীং

* লিক্লা বিচা নোংঙমবু।

কাংপা চন্থু চকসা মুপীনা; মমানমচা লুরাং তপতি তপতাইপপু ঙাঙনীং শোনমোই য়ামএ। সিসুনো হায়না, হাওমন কুপা মুনা ডাইরোং কুপা সানা য়োইনপপু, হারেং অনৌ অনৌ ঙাঙনীং শোনমোই থোইখৎলবএ। হারেং অনৌ অনৌ হৈন সিংনরকএ। অতু নোংকীপু, খোইচীং কাংপা চন্থু চকসা মুপী য়োইন "সিং" মমান লুরাং তপতি তপতাইপা ঙাঙনীং শোনমোই সিং-ও তৌনা কৌএ।

লুরাং লোইনাই য়াওশা তানপত্তা খোইমোম লাইরেলমা কোনফম লৈতকপীনা মানফম লৈতেমপীনা পীখৎ সিংনে। মৈতিংঙু নাওথিং-খোংনা, খানীং মিকৌ সিং লাইরেল শেলপী খ কেমপনা কসাল খুলঙম সিং। নমসন পুমিংনাইপা ফান সিং। পোষ্টরে থুলচাওপনা মহৌ থুলঙম্ সিং। লেংচোং মিং নাইপা ফানা সিং। হাওমন তীল চঙতা ঙাইরেং লাইতংপা সিংনা। লয়েল য়োংমু থুলতা হাওমন মপান ফারে; মহৌ ফাতপোক চীংতা ঙাইরোং মনাও তোংলে অতুসুং মতোমতে।

## ২। নুঙশম

(নুঙশম ইশঙ্ নপল অমনি। মসি হায়কেং য়েংবদা চপাং মাল্লি। কাংডৌনচিংবা চাবা য়াবা, ঙাচিং ননম নম্বা এনশাং মখল অমনি। মসি শুঙ্গুনচিংবা সমদমদা য়াম্না মরাং কায়না ফংই) সম্পাদক।

খোইমোম লায়য়িংদৌ মমা রাংমু খোমচোম ফাপীচা, রাংপরেল খানা চাওপা লাইচা মতিথেল, নুঙখেন চামিলৌ হেমচেং চকপা ঈ, চকপা খোংলেল ঈ, মারেম পোংচাই ঈপু নাইতেনা, লাইচা ঈরোন ফুংগা পানপা য়েন। খৌতু নুঙপাক থকতা রোংপা য়েন, নুঙশম্ নামিপনা, রাংপরেল খানা চাওপা লাইচা মহিথেলতা সংলৌ মপান ফারে। নুঙশম মতা লাম্না লাইচা ঈথোঙ লোনলে। অতুসুং মতোমতে।

## ৩। কোমপ্রেক

(কোমপ্রেক মখল অনি শুই। মচুদি— ১। কোমপ্রেক ২।

কোমপ্রেক তুজোম্বী। কোমপ্রেক তুজোম্বী ঈশিং য়াফমগী হিদাক ওইনা মৈতৈ মাইবশিংনা শিজিন্নৈ। মসি চারগা ঈশিং পোৎই। কোমপ্রেক মখল অনিমক এনশাং ওইনা চানৈ ) সম্পাদক।

হাঙরৈ নোংচুপলা পাংপলম কেকে ভাইতে লৌকোন্নুং, কোন্নুং অচনপত্তা, নিংথৌ মুংয়াং চাওপা য়ুমপাই থংনেনপা মপারি তাংকরু লুম্মিপা নাঙথেম লৌ। কোরৌ অখোং নিংথৌ চনু রাংপন অরাই লৈমা কোরৌ নোংকা লৌতা পানপা য়েন। সংলৌ মনা তাপতি কাইরৈ য়েনখোঙ্ মানপা। য়েলাঙ্ মপান তাপতি পসোং ফৈতং মানপা। কেকে নুপি য়েনশাথি, মোইরাং নুপি শংকায়েন। চৈরৈ লোন কংলা তোংপী, পাওনম লৈমা হেমখু ঙমপী কংলা পাওৎম য়েন। মৈতিংঙু থাঙরায় নিংথৌ কিয়ামপনা চামলৌ লুক্রীং খাত্তা থৈথ য়েন। কে কে পাফং থৌনা লোকলৌ মিংলাওপতি খোঙতা নেং। মত্তারি অমুপাতি য়াত্তা চীক্লা রাংলৈ য়ুমেং য়েন। সংলৌ হিংনা *থংপা য়েন। সংলৌ য়েন কোমপ্রেক, কোমপ্রেক য়েনশা থি মোইরাং শাকং য়েননা ভাইতে লৌ-কোনন্নুংতা সংলৌ মত্তা লায়েন, য়েল্লাঙ মপান ফারে অতুমুং মত্তোমতে।

## ৪। চীরাঙ হাইনাপা

নোংচুপ কোংয়াং ফাই, ফাই তম্পাক্ ফাই নুংশি. ভারাপা খোঙপেল লোক, খারাপা য়াকল লোক. খানা পাংপতি নোংচুপ লেংকাইচীং লেংনা কৌপা লেংকাই লোক্। লাইনা পাংপতি নোংচুপ তুরাং লা তুরাং লাইকোক য়াঙ। মশাপী খাইচেন অহনপপু মশানৌ খেংফাং অত্তোনপনা য়োইন লোক। হাইনু তোমসোন চাংমৈনু সংতে ভাইনুপী লানকৌ চীং। কেকে উরা ঙাংঙোইপকা, নোংয়ায় খোঙপু শামুক নুচাকা, হুয়েন লানতান চীং। কেকে খোইপা কোংয়ামপা নোংচুপ ঈরৈ লানত্তম থৌপকা নোংয়াই হাওকোথোং তাও হুই য়াঙ্কা, শৌপোন মাঙওই থিন্না লমথন লানচাই চীং। কোংয়াং মরান তাক্লা পনথেং লম। কোংয়াং ফম্মোইমিং ফম্লাংমন লোকন চীং।

---

* তংবা, হিংনা চাবা।

হেমপা পানপন চীং লোইপী ইহা লোক মারেম চাওরোমচীং। কেকে পুংয়াং চৈমাপা সাংতু লোক। মরোয় কচেং নেমথোঙঙাই অতোন-পনা মরাকমা শৈখঙ্লোক। য়ারৌ শাচন খোঙ্তাংপা শেনলি রায়। নিংথৌ মপুথিনা ওইখিপা শা চেকপ অনিশুপা. খুংলাই অনিলোনপা লৈমুংপা য়োৎপু য়োৎশুপা ঙা। লৈকু কাওমাপা, মোংপা, লৈরায় তাংথা য়ান্না য়াহীপ্পা। লৈকু নম ঙাননা য়াকাপা।

পাখঙ্ খাঙকোক্ মংাং তেনপনা চানফংপা ঙা। রায়খু খুৎয়ানপী চা, য়ারৌ শানি কিস্মুং শামরক লেমলৈ ঙানি কিস্মুং ঙামরক, য়ারৌ মমান শা খুৎলোংপনা. শেল্লি রায়পু নাতৈনেনা। নোংচুপ কোংয়াং কাইতা পানপা য়েন। সংলৌ অকমপা য়েল্লাঙ্ পন চাওনা কক্‌য়াই ফমথিপা, নোংয়ায় চীরোং হাইনাপা রাইকৌ চীম্নৌ লোংপা।

মনা খংনিং চাচিন মানপা, মপান উশোং লৈবা মাংপা য়েন। মৈতিংঙ্ লোইনাই থরান থাপা রায়কৈ ছি থি রেন। লাংপন মেরা য়েন। নোংয়াম চীবোং হাইনাপনা, নোংচুপ কোংয়াং কাইতা য়েল্লাঙ্ মপান ফারে, রাইকৌ মরোং খাইরে। অতুস্মুং মতোমহে।

## ৫। কেংঙোই

লাইচ ঈনা রাংপা মালেম লৈনা নেনপা পুঙ। ফেনচী নোংছমলন, কেকে ঙানথ খুলখৈ রেলতা পানবা য়েন। কেকে ওানথ হিরৈওপতি, শম্ খোঙনা চৎনা চকমোম খামপী মৈরৌ য়েন। নোংচুপ মারেম হাওসি কাপপনা লৈরাং থাপ্পা তিমেল য়েল, তাওচীং হৈরোয়নাই লৌপুক কেংঙোই খোঙনেমপীনা, হাওক্ত কৈসিংতোমপী খাল্লে মরৌনপওা সংলৌ মপান ফারে, য়েলন্নাঙ্ মনা লেক্লে। অতুস্মুং মতোমহে।

## ৬। তরাচম্মুয়েল

কেকে মোইরাং লৈমা চেক খুরামপী লয়োয়চাপু নাইশবনা। হাওকু লৈমা লোইনাই তাপীনা তুস্মুং লংলামপু লংস্মুং খোঙকাতিংনা

খারম লোইচল্লম মাতু হাংমুংনা লোইনেনলম্। হাওতোনপনা লোই-কেল্লম। তেৎনৌ য়োৎমুম পামপকা তরেৎ মশেলচা লোইহৌপকা খারম লোইচল্লম্। নোংপান কৈরৌচামপা মহৌ লোইকালমতা রোংপা য়েন। সংলৌ মনাতাপতি তাওপা হুইরৈ মানপা। মপান শরীক্ চোমচাও মানপা য়েন। লোইনাই পুঞ্জনপা শিলনৌ লসিং মোনতুমপা কারোং রাহলপা তলমু নোংখিলপা লাইকম লৌসিহনপনা সংলৌ কাম্না নোইনা লাইচা ঈকা য়ানা তরা চামুয়েন। হাওরা ঙানতোংকোক চাঙান তোংতালপতা তরা চামুয়েন, সংলৌ চামুচাক্। লোইনাই পুঞ্জমপানা, লাইরেল হোঙনেম য়োইখুনচাওপু খেমথ মায়খঙ্ য়েন, রাংলৈ য়ুকৌচাক্ তলমু নোংখিলপা সংলৌ ময়েন খঙ্ তরা চামুয়েন লোইতাম মনোং ওইপকী, সংলৌ মনাকেক্কা য়েনলাঙ্ মপান কারে, অতুসুং মতোমহে।

৭। তোরোঙ খোংচাক

( মসি পালকশাক হাইকেৎ মানবা এনশাং মখল অননি। মসি লৌবুক্কা নক্রগা খোংবালগুম্বা চোংতক লাকংক তৌবা মকমদা হোগল্লি। মসি হকচাংদা য়াম্না কাম্নবা পীবা এনশাং মখল অননি। খঙদবদগী মীয়াম্না মসি য়াম্না কম্না চানদে )। সম্পাদক।

কেকে খোইরাংপা খুলকম লেল্। নোইরাং য়ানখোং চামপা লৈমরায়। খুয়োন খাঙডা নৈকোই কোং। হৈরাঙ্ সিঙ্গাকোন, তাউচীং খৈনাকোন. গুরা হৈতোকোন, লোকুখা তুরুখোং. চামলৌ তুমুংপোক্, কুমচি নাহুইকোন, খীং খীং চাওরা মচম্না চৈপীকোন। নাওরা অপিশা চৈরানকোন, সনা লাইহিংহোনকান-লনতা পানপা য়েন। খোংপান নাউরা তোরখোং (তোরোঙখোংচাক্) মনা খুমু নৌরৈ মানপা য়েনপু। কৌপরোনপু চম্মু তোইপী লানথেমপীনা, পনলেম পীশোনডৈতা. খোংপান নাউরা তোরখোংপু, মহুইরোন লাম্লোয় হুইকোনপম চম্মুনা সংলৌ মনা থংনা, তোইপী সোয়পায় লানথেমপীকা থংমম্নখিয়ে।

কৌপরোনপু চম্মু পম্লেম পীশোনপীনা খোংপান নাওরা তোরখোংপু

সংলৌ অতু চানা অনৌপা লাইহুইখিএ। অতুনোংকিপু, কৌপরোনপু চম্নু সংলৌ লাইহুই য়েন। লানলোয় হুইকোম পম চম্নু ময়েন শক্তও তৌনা কৌএ। থয়োইরোন সৌমাইম্নু লিনকোইকী মথৌ কমপোংপা, নাওরা থারাক্ পুঙকাইচৈ, রায়থৌ তোনপা ময়েনচানা, মানপী চীথেংনপতা কাউরেন নাখাঙ্ য়ৈনা থৌথায়য়ে। অতুনোংকিপু রায়থৌ তোনপা সনখাম য়েনও তৌনা কৌয়ে। খোংপান নাওরা তোরখোং, তোইপী শোয়পায় লানথেমপী লাইহুই য়েন্না, কেকে চামলৌ তুম্নুংপোক্তা সংলৌ মপান ফারে মপান য়ারা ভইচুপ লোনলে। অতুম্নুং নত্তোমত্তে।

## ৮। হৈকক্ য়েল্লী

কেকে লৈচোন্নাকপা অহোঙ্ য়াইথোন পুঙ্। হুয়েন লাম্নিকীতি থম্নুং আরেলাওপা আরাই লোকচুমচা কান পুঙ্পু ভমলোন নাতৈনা। কেকে খোংমৈতাক্ মোইরাং লৈখুল ফাও অচন্দপও কৌপতি কতৌনোংনোংকিনো। কেকে মোংয়াংচম্ মনিংথৌনা কংলৈ মশুমাঙ্তা, খোক্লাং ভায়িংপা খেরে ভাচন্পতা, তুপী হীথোকপা লাইরেন হীফাওপপু মীংয়েং সানখৈরে।

কেকে মুংয়াংচাওপনা তিমেন মখুংশুনা চৈপীরে। তুপী অঙন্পকা থাংচৌং মখোকলাংকা তাঙখৎলকএ। অতুনোংকিপু কেকে খোকমৈতাক মোইরাং লৈখুল ফাও-ও তৌনা কৌএ। কেকে খোংমৈতাক্তা পানপা য়েন, লেমলৈ ভাখা মৈপুঙ্পীচা, তোন্খারা তোমৈসাংনা, কোয়ৌ নোংতা কানা চীংউ পনতানতনা ওইখিপা য়েন। লেমলৈ ভাখা পুকম্নুংয়েন। কাউরেন সননিং মানপা মরী শীনলৌ লংম্নুং মানপা, চোইনৌ সনা লৈক্রেং মানপা য়েন্না, কেকে খোক্মৈতাক্ লাইচা ঈপাকথক্তা য়েল্লাঙ্ মরী চৎলে, সংলৌ মতা লামলে। অতুম্নুং মত্তোমত্তে।

## ৯। য়েনতঙ্ (য়েন্দঙ)

কেকে থাঙ থারাইপা রাথাচীঙ, কারাং লাইপা য়ারিং চীং, খৌখুন

মানপা মুংখঙচীং, কপো পুন্নাং নিংখোৌপা মচীংচীন। চীংঙ্ লৈমা নোংখায় নিংখৌ চন্নু কন্নাংচাল, কেকে থারাম নহা লাইরপা মচীংয়োন। মঙাঙ্ তাওতম্ চানা মসন পুঙপু নারেংপকী খানলৌ চীং। য়ারৌ শাকং পয়েং-থোং, লোইমোম কৌরুক চীং। থাঙতা লোঙ্লেল থোং ভিমেন তায়াই চীং। অতোন তায়পঙচামপা মরমথৈ, কেকে লৌথাঙ খাতা পানপা য়েন। য়েনলাঙ্ নিংখৌপা ময়েনখং। সংলৌ মেনমানপা য়েনলাঙ্ লুখোইপা, সংকৌ নাক্তে মনা, মুরা লুখোং পোং কাপা। য়েনলাঙ্ নাক্তে পাংমনা পাখঙ শঙগায় নারোং থনপা।

মৈতিংঙ্ নিংথৌ তেনহৈপা লীরায় পানচুমপা, থোংনাঙ তাংথোঙ্ সোরাপনা, য়েনলাঙ্ লুখোইপপু. য়োয়পু তাল্লোয় তুচা হৌ, তম্নুম নাইচা তিন্না ; য়েনলাঙ্ অরাইপতি লুতা থোংনা, লানলোই ময়ায় থায়না চেন্ন-য়েন। মৈতিংঙ্ শেলপী থাকেমপা ময়েন থঙ, য়েনলাঙ্ লুখোইপনা, খোৌখুমু মানপা মুংখঙ চীংতা। "য়েনতঙ" মপান কারে, সংলৌ চুন্না পায়ে। অতুমুং মতোমতে।

## ২০। ভাচক থোমায়োন্

কেকে লোক্তাক হানফুরেল, হেন্নুচম মরমথৈ। থাংতেক কাংপনাও মতুয়াই খিংকাপ লম। শোঙলেল হানরায়, নামপা চুঙশেলকোন, শোংলেল পানথোক পোক, ঈহহা অঙৌপ লেলতাপসুং থমচীং কোনতা পানপা য়েন। সংলৌ য়েনখোমপা য়নলাঙ্ মৈকোনপা। লৈমা মুলাং থামপী পাওয়ৈথাইন য়েন। থুলখুরা য়াংকেল তোংপা শারক থাইন য়েনগু কৌপতি কভৌনোংকীনো। কেকে থাইতোন লৌথীপনা, তাল্লোয় নরুমপী থীং থীং হৈরী পুঙতোংপা চন্নু, লৈমনু লাংখামপীবু তোপ্পা ভুল্লামএ। য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাপা চন্নুপু হোই ঝিখিএ। য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাপা চন্নুনা. লাংলেল উঙাম ভামচাও তোং, লোক্তাক্ ময়ায় থায়না, নরান মুহোঙ খোঙতোংলকপন্তা, থীং থীং হৈরী

পুঙ্‌ তোংপা চম্লু লৈমম্লু লাংখামপী হাওনীংসং, লৈমম্লু লৈশংপীনা ঈতুনিংথৌ খুলখুরা য়াংকেল তোংপা কাপারা লৌথীপ-ও !

নমোম ঐপু কেকে থাইতোন লৌথীপনা হুল্লাল্লমএ। নোংপান থাংতেক অচাপা চম্লুপু হোইথিখিএ। মৌপী উঙাম ঙামচাও হোংনা মরান মুহোঙ খোঙতোংলকপা অসিপু, থাওলেল নখুংশুনা চৈপী-ও. হায়না থৌনেকখিএ। খুলখুরা য়াংকেল তোংপা কাপারা লৌথীপনা, খুয়োন খাংখারুংপা মশুমাঙ্, থাওলেল লুচঙ্‌ সোয় রাপা অয়াম খোংতা, থৌতু নুঙমায় শীং লাইচা ঙমথংননা থাঙলেল মথৌ হেন্না ভাইখমপা চীংতা। য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাপা চম্লু মরান নুহোঙ খোঙতোংলকপীপু, কাপরা লৌথীপনা পকচাপা মোংলককিপু উতরে। ফকলোং তাইকোন নুংকিপু খঙতরে। "কেকে মুকাপ অশৈপা মরাকমা ললথোইপনা অশৈ তেরানলকএ। খীং খীং হৈরী পুঙতোংপা খুলখুরা য়াংকেল তোংপা কাপারা লৌথীপা-ও। পাকচা পামোংলককিপু উতপা, ফকলোং তাইকোন নুংকিপু খঙতরপও"! হায়না অশৈ তেরান রাকিপু, কাপরা লৌথীপনা থাওলেল মখুংশুনা, য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাপা চম্লুপু, পাকচা পামোংলককি ফকলোং তাইকোন নুংকিপু মচূপ মরায় খন্না য়ানহুংলে।

য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাপা চম্লু মোনম্লু তাঙা মশনচিনা য়েনশম্ চরাং ওইখিএ। নোংয়ায় থিংথোন হনপা য়াহৌয়েন, পোংম্লু য়েনকম্ চম্লু সিথিন য়েন, খুমন চামপা অথৌপা লাংথৈ সীংঙন য়েন। মোইরাং থাং তেরা অথৌপা তেনহৈ য়েন। চারাং হুইমৈ করা লাইচা ঈথোঙ লোনলে। থাংতেক অচাপা চম্লু তাঙচ লুরাই লেল খরা লুম থাঙথৌনা, লেমফু থরো ওইখিএ। য়াংমোম লৈমা চৈরৈ মকানরা থাংচিং কেপাক ওইখিএ।

লোক্লাক রাফুরেলতা থাংচিং কেপাক হৌরে। "থাংতেক অচাপা চম্লুকী য়ারেল খোঙচিতোন্না য়েনহৈ হৈককচীন্নি লোংপপু ওইখিএ"। নোংয়াই থিংকোন হনপা পাসি লাংলোই ঙমপাপু, পোনচেং লাইচম্ খন্না

য়াহৌ য়েন। শারেন য়েন হৈককনা, লাইচা ঈপাক থক্তা, হৈকক্ নারেং থাংলে। য়াংমোম নৈমা মোমগু শঙতিং মকানক্ মুয়া খীং-খীং মাওরৈথোং, ঙাইথোং মুপী শিনথোক্তহৌ, মুয়া কমচিং ফায়েংলী, মোমগু শঙতিং লোনয়ানপা মেয়োং খুংনা ওনপা মুয়া শঙতিং চোমফালীনা, "ঙাচক খোমরোন" ওইখিএ।

শংলৌ মরীভাতি শিন্নৌ লংলা মানপা, মনা ভরেং শেলকোয় মানপা, মপাল চোইনৌ সনা মানপা সংলৌ য়েন খোমরোন য়েনলাঙ্ মায়কোনপা, লৈমা মুরাংখামপী পাওয়ৈ থায়. কাপরা য়াংকেল তোংপা, শারক থায়ন য়েনও! হৌনা কৌএ। সংলৌ য়েন খোমরোল, য়েনলাঙ্ মায়কোনপনা অঙৌপা লেলতাপসুং থমনীংকোন, লোক্তাক য়ানফুরেলতা লাইচা ঈমায় থুংলে. মপান সনা হোইতোম মায়ে। অতুসুং মতোমতে।

## ২২। চাওখোং

( চাওখোং পাম্বী মচা মখল অমনি। মসি পাং কোমঙস্বদা য়াম্না হৌগল্লি। থাইনা মমাংঙৈদা লম্ফেল পান্তা য়াম্না মরাং কায়না হৌরম্মী। চাওখোং পাম্বীগী মখোঙ ওইরপনা নাউশেক মরুম থুরবদি কুম অতু ঈশিং য়াম্না চাউরোই হায়বা থঙই। অতুগা চাওখোং মতোন্দা নাউশেক মরুম থুরবদি কুম অতু শোয়দনা ঈশিং চাউরগনি হায়বা ইরায় লায়না থঙবা ঙমই। চাওখোং অসি শীঙ্ ওইনা শিজিন্নৈ। মাগী উং অতুনা উতি থোংতুনা চানৈ। থুমলগী অপোকপা থুরুম্বদা চাওখোংনা শীঙ ওইনা য়াউই)। সম্পাদক্।

লমলেল লৈতাং য়ুমোইকোন লানলোই পাওপিতেক্, হনপাচা কারাম্নপা লুকল্লি সেংচৌনপনা লমতাই য়ায়। নোংয়ায় পানচঙ্ পুঙ, খুমন কংতাথোং মচন পোংমুখম থাঙসা ঙাইথোং খুলঙমশোয়। থাঙ্ শা লুমায়তেম্ হন্নেন শাম্বীকতাও কানশোয়। লৈতাং য়ুমোই কোনতা পানপা য়েন। য়োইমায়াই তাওতেনপা হাথা নাওনৌ য়েন। য়েনলাঙ্ নাম্নিপনা,

মপান মনা হুইচুপ লোনলে। চাওথোং মনালেক্, হুনাই মপান কারে। কাওহৈ মতা লামলে। অতুমুং মতোমতে।

## ১২। শাঙাইয়েন-শাকাপায়েন

লমলেন য়াংরৈ তৈতুপান, তৈরাং নাকমপোংচা, রাংখম লৈতংপোপী তীলহন হাথা লৌ, তীলরায় নোংচেন লৌতা রোঙপা য়েন মপান শারোঙ্ তোময়াং মানপা "য়ারৌ শাঙাই য়েন" শারেল "শাকাপ য়েন" কা য়েনলাঙ্ খোকতিয়না, সংলৌ নমডাননা, লমলেল য়াংরৌ তৈতু পানতা, সংলৌ য়েনপুন কারে। অতুমুং মতোমতে।

## ১৩। ঙামরা

লয়েল লোনলোই লৌচীংথাং, চীংথাং থাংলাংমৈ। থারাইপা কুমুংশি, খুরোল কুইতংলৌ। চীংয়া তনতন য়েনসীনলৌ। হাওমু পানতোইমু শাকপীনা, উং খুপাম কায়া হুনা তোনহৈ লৌ। হাওরা লাংপোকচা অয়মপা লানতালৌ। নোংচুপ কোংয়াং অথৌপা লাননংলৌ। খোইমোম লাইপুন্সি থাঙপী চীংমাপী, মপন্না কুপীলম্, মকুনা কাপীলম্, লীরা পুপীচীং লোংরা তাওপীচীং, চীংথাং থাংলাংমৈতা রোঙপা য়েন। মনা খুমু নৌরৈ মানপা সংলৌ মমিংথোংমুং, "লেমলে ঙামিংনপা" ঙামরা নৌরৈ মানপা, পোইরৈ খুলফাংথৌনা, খুলকম পাওথং য়েন। মৈতিংঙ্ শরী চেংপা, নোংয়ায় হাওতা লাইপপু কায়না হুনপনা; কংলা ঙকশোন য়েন। সংলৌ তোক্তারিয়েন, ঙামরা নৌরৈ মানপা লমলেন লোনলোই লৌচীং থাংতা, মনা খুমু নৌরৈ থোংলে। মপাল ঙাঙ্নাসা তৌনা য়ারে। অতুমুং মতোমতে।

## ১৪। য়েরীক্রয়েন

হাওরৈ নোংচুপলা পাংপরম, থাপী লেংনাও মোমপী নোংচুপ মৈরা পোনচেনপী, লাইচম লৈনা খেকমোই থাকলীনা, নাওরা খুংনাওল খোই-মোম লাইপু ওইনা সানওনলম্ খোইমোন্ লানপু নাতৈননা, রামৈ

লানথারম, লমলেল কোমপী পোক্তা পানপা য়েন। সংলৌ মনাতাত্তি, চোইনৌ সনা লৈক্রেং মানপা, মচেং কাইরৈ "য়েরীকয়েন" য়েনলাঙ্ মনন চাওপা লাইকা নানমুয়েন। খুললাই থৌখায়েন, সংলৌ য়েরীক-য়েন্না। লমলেল কোমপীপোক্তা, সংলৌ নপান কারে, য়েললাঙ্ মনা লেক্রে। অতুস্নুং মতোমতে।

### ১৫। য়েন্পুম্ (য়েন্বুম্)

লয়েল থাপা লৌহামতেং, লমতেং অহামশোয়পু নাতৈননা, মুংপান মশাগী লাঙকোন অহনপা মচীংলেলতা পানপা য়েন। সংলৌ কাইপংপা য়েনপুম লুরাংপা মনা তাওপা হুইরৈ মানপা, মহৈ শরীক চোমচাও মানপা য়েন্না, খাপা লৌহাম লেংতা সংলৌ মনা লেক্রে। অতুস্নুং মতোমতে।

### ১৬। চংনিং

কৌপা মত্তাইমা, নোংপান কাংলৈকাপা কাংম্নি পামপনা লাইচা শোয়কাইপী নোংমন চৌং। রাংতৈ হামেঙম খোইমোম লাইচি শোক, তনপা মুক্রম থেল, ডাচেং মমপী লোক, লুরাং হৈনীং চংনিং শোয়, চংনিং লীকয়েং শোয়, নোংপান তেংনা মিহিমেমতা পানপা য়েন। মনা পোনচেং লাইচম মানপা য়েন্না, রাংতৈ হামেঙমতা সংলৌ মপান কারে। অতুস্নুং মতোমতে।

### ১৭। থোংনাংতক্রুং

কৌপা মত্তাইমা, নোংপান মশানৌ অতোনপা মচীংলেন, কৌপা লুরাংচৌং, ডাংচেং চৌং পুন্সিতা পানপা য়েন। তাউগীং হৈরোয়নাই, য়েললাঙ্ মনাতাত্তি লেম্নে পেঙপা ডাশক মানপা, তাউচিঙ্ মপান লৈত্তি-ডাইখোং লংজুকহুং পুহুং লংচাক নানপা য়েন্না, কৌপা লুরাং চীংতা, পামেন চুমলৈ তুম্নে, তলা উরৈ শংলে তরুং মহৈ ডাকনা মুম্নে। অতুস্নুং মতোমতে।

## ১৮। লৈসিনম্ (লৈন্নম্)

য়াংলৌ চীংপান, লমপান খোইরোংপান, খোইচু লৈমোল পানতা য়োঙপা য়েন। ইডা লৈসিনম্, কংলৈ লৈপাক মপা খাপা শোকচোনপা শাসিয়েন। চীংলাই লৈমা কচেং ভানপা চমুনা মমান খাপা হুনলান য়েন। খোংলেল লৈসিচাকপু নমপান খানানমও কৌপতি কডৌনোং-কিনো ?

লুয়াং কাংপা মুঙসন ভানপনা, মসন মানপী লীহেম্না কাউয়েল কোডৈপপু ইনভানখিপপু। মরুমপী য়াইফুয়োল ভিমেনপা চমুনা, মথংলেলকী মার মখোঙখুলপু ইনভানখিডৈতা খোংলেল লৈসিচাক অসিপু, থংলেল লুয়াং নাহাকী মানমতা আপু করম মানপনো হায়না নমনা নমনা চংখিএ। অতু নোংকীপু, নোংপান খানা নমও কৌএ। ইডা লৈসিনম্, খোংলেল লৈসিচাক, য়াইখুয়োন ভিমেনপা চমু খানা নয়া য়াংলৌ চাকোই পানতা, সংলৌ মপান ফায়ে, য়েনলাঙ মনম চাওরক্লে। অতুমুং মভোমতে।

## ১৯। কৌথা

কৌপা মতাইমা লমতু লৌয়েলপা পায়ৌ খুপী লৌকুমলম পুয়ৌহনপী লৌভারায়। মৈতিংঙ নাউখিংখোং মঙাঙ ঙনপকী ভাল্লোয় শকপী লুম্লেল থাপী, য়োইহৈ হৈয়োয় নাই, নোংপান সয়ী মোমপী সাংথুপী লমতু লৌহোঙপী, য়াংঙম নাহা খিংনাং সনকন চামপকী মপনলোন, উশোং লমলাং ঙনপী, য়োইহৈ উয়েং ফাপী য়িনলম্ নমপোক্শেল, মুয়া হোঙথু নাসিনা থমলৌ চিয়া পোমডৈ থোমনা, ফিমু নমনাকনা কোমপেক ভুংথোংননা, কোংয়াঙ চুঙলেল মুং লাক্লৌ শাইডৈনো, থাম্লৈ লৌতা য়ায়।

অভোন লৌথামপনা থাঙঙা কমপোংলৈ, য়েনপা ভুশেক শাপু লৈয়াং খোকলোয় থেংনা থাম্লৈ লৌকুম লমতা য়োঙপা য়েন। মনা য়াইকৌ চীম্নিলোঙপা খংনিং ভাচিন মানপা, মপান ভোনলোক লুকা-নীকপা য়েন। নোংপান সয়ি মোমপী য়াইথুং য়েন। য়াঙম্ খুথোপা

মায়েনখঙ্, আত্তে লৌখামপা চাক্তা য়েনহেন য়েননা। নোংপান সরি মোমপী খাল্লে মরৌ মাঙতা, সংলৌ মনালেক য়েনলাঙ্ মপান কারে। "কৌথা" মরোং থায়রে। অতুমুং মতোমতে।

## ২০। য়েনথা

নোংপান তেনতোংয়ান, মথাম লাইচা ঈপুঙশোক ওকসু লম্মহনতা রোঙপা য়েন। কক্যায় মানপন থক্তা পানপা য়েন। সংলৌ উনাইতপা য়েনলাঙ্ লীচংতপা। মনা তেকপী শাপে মানপা, কক্যায় নানৌপা, সংলৌ "য়েনথাপনা" ওকসু লম্মহনতা সংলৌ মনা লেক্কে অতুমুং মতোমতে।

## ২১। ছুইথ্রোঙয়েন

নোংপান লুরাং চঙ্, য়োইরুমলোন ইঙেল মুরাপী লৈমা ইঙেরুনা কোরৌ নোংকাঙৈতা। য়ারা মশীংসু চকমোম তেমখাঙ্লোন লোইতাম খাশিঙ সুরপনিকিনা। মপারি চেক্কা ওনথোকপা হারি খোনতৈপপু খোয়মা লাংখোঙ্ পায়না নাওনৌতৈ। মপারি চীংয়ায় কোনথাচা হারি পনথমপপু, চানা লমথাঙথৌনা খোয় লেলঙমএ। লমলেল খোয়লেল খুনতা লমও তৌনা কৌএ। চীংয়ায় খুলথাচা খোয়লেল্ খুলতা পানপা য়েন। মনা য়াংলৈ তাউপা ছুইখোঙ্ মানপা, য়েনলাঙ্ মমিং থোংসু তাউপা ছুইগিংনপা। য়াংলৈ ছুইখোঙ্ য়েন্না, লয়েল নাওনা খোয়লেল খুলতা, সংলৌ মপানকা, মনা সংনা ওল্লে। অতুমুং মতোমতে।

## ২২। য়েনাতেমমান ( য়েন্দেম্মান্ )

হোংনেম লুরাংনিংথৌ পুনসিপনা লেমলৈ তাতানপক্তা। হাওরৈ লাইনা পাংপরমকী লাইচা ঈনা হাথরকএ। অতুনোংকিপু লয়েল ঈহারাইও তৌনা কৌএ। লয়েল লাইচা ঈহারাই, কাতমপা মচীংলেল, য়াইরেল খুলকুম চীংতা রোংপা য়েন। কৌপা য়েনতেমমান ( য়েন্দেম-মান ), মনা কুমচিং লোন্নীং মানপা য়েন্না। য়াইরেন খুলকুমচীংতা, সংলৌ মতাং কারে, কুমচিং লোনলীক মানলক্কে। অতুমুং মতোমতে।

## ২৩। থারাম

লমলোয় কৌপা ঈ মরু, লোইরমপা লম থোৱপান, চুমলাং খোকলোয়পোক্তা পানপা য়েন। ডাংডোই য়োইমোংপা ময়েনখঙ্, মশানৌ তাউখিংমাং হুললান য়েন। কৌপা য়েন থরাম নাপাকপা নোইঙ্গু থুমকাৱাইতাপা তাংকোং চৈসৌপা য়েন। সংলৌ নুংকনপা য়েনলাঙ্ খুং খাঙপা য়েন। থাৱাম নাপাকপানা লোনলোই কৌপা ঈ মরুতা, সংলৌ মতা লামলে। অতুম্মুং মতোমতে।

## ২৪। থাংথ্রা

কাপুই লোইরেমপা মচীংসাং, থারীক্ লমকামপা মশাইকোনপু্ নাতৈননা। নোংপান লুৱাং পাচা তোনপা নানকেং তৌৱেন খোমপুনা চীংতা কানা হাও ওইপা লমলেকসাংনা পাময়ানপা মরৌপানতা রোঙপা য়েন। মনা তরেৎ শেলকোয় মানপা সংলৌ কিংনাইপা য়েন। মৈভিংঙ্ নাউখিংখোঙ মভাংঙমপতা খাংখা পোন-মা হান, খামেন পোন-মা তাংনা, চীংনা, চীংখোঙ্ পুথিয়েন। সংলৌ য়েন খাংখা, য়েনলাঙ্ কিংনাইপনা। আতে নারংস্নুচা, মরেপ য়াংলৈ তাউপা হুইনা থোইপা, মনা নারেল পাংমনা তৌৱাং ফকচা ওইনপা। মনা নারেল পাংমনা উয়াহুমপু্ ওইনপা কাংতেন লোনচা হুন, থৌৱা কৌয়োঙসু, কুৱাউ ফালকতোং, চরৈ কিথাউ সানা লামচপা য়েন। সংলৌ য়েন খাংখনা কাপুই লোই-রেমপা শরীক্ লনকামপা মরৌপানতা সংলৌ মনা লেক্কে। অতুম্মুং মতোমতে।

## ২৫। য়েনখুম্নান্

হাউরৈ খানা পাংপরন্, খুনচান নিংথৌ ৱাংপা নাহানা, য়াউরৌ শা তানপতা, লাইচ ঈতা তারে। য়াংলৈ তাউপা মহুইচাম্নুং, লাইচ ঈয়োম্নংতা ইনচিনখিএ। খুনচান নিংথৌ ৱাংপা মহুইতাউ তৌনা কোএ। খুনচান নিংথৌ মহুইতা তুৱেল মুংপী লৈরায় থক্তা, তেকপী ওকলা

কোনস্তা পানপা য়েন। মনা চোইনৌ সনা লৈথাম মানপা, সংলৌ য়েনখুমাম্না, খুলচান নিংথৌতাতা য়েনলাঙ্ মতা লায়ে, সংলৌ মনা লেক্রে। অতুস্নুং মতোমন্তে।

২৬। ক্রোক্কোথয়েন

লাইরা লৈমা লাইসন থারপী মরান সুহোঙ শোঙতোংলম্। নিংথৌ য়েনলাংপা মচীংচীন। হৈরেম উচৈমা খুলচাল মুংপী চীংতা পানপা য়েন। মনা কাইরৈ য়েনখেঙ মানপা য়েনলাঙ কোক্কোংপনা। হৈরেম মুংপী চীং খুলচাল উচৈ মতা য়েনলাঙ্ মনা লেক্রে, সংলৌ মপান ফারে। অতুস্নুং মতোমন্তে।

২৭। মনাউ তোলপা থেংকোই য়েন।

( কক্না )

মপন রাংঙ্ লৈমা মায়নৌ চম্নু লিনকোইকি। মোইরাং ইথায় কাইরেমপা মচীংচীন। খোইমোম থাপা পাকলাংমৈ সুমিং পাকলাংমৈ শারং য়ুঙৈকোনপু তম্না খনপী মহিথেল্। মনাই তলপা ইয়া পনচলম্। শেকরা তাংতনপোক্তা রোঙপা য়েন। কক্না রাংমা সংকন য়েনপু, মনাও তোলপা থেংকোই য়েনও কৌপতি কতৌনোংকিনো? য়াংমোম মহুই-রোয়নাই, থাঙয়ি অহোঙপী লোইমোম অচাওপীনা।

কেকে আকোংচামপপু হুন্নানতে। মোইরাং ঈথায় কাইরেমপু ইনতাললকপতা। লোইমোম ফৌওইপীনা, য়ারৌ শামকোইপু রাকয়ে হিওইননা, পোনপী রায়রংচেক্ চকপা পানচুমপী, খাংপীরাচাক্ খোঙ্-সুপীনা তোংচেং হিনাওসা, সংলৌ তৌতারাংকোম্না খুমুনৌকা ওইনা লাইচ ঈরানতৈতা, রাকয়ে হিরূপ য়েন। খোইমোম লাইরেলমা লোইমোম্ ফৌওইপী লাইচ ঈতুম য়েন।

নোংথৌ রাংপাসন, লাবায় মানসরীকুনা, লোইমোম্ মহুইরোনপু লাইচ ঈরোম্নুংতকী লোইমোম থাতা পম্না থাঙয়ি নমতা পোনা

লোক্‌খং য়েন। সংলৌ য়েননালেক্লা লাইচ ঈরাংমতা, খোইমোম লাইরেলমপু লামতুম লাম্না কৌভমএ। অতুনোংকিপু, সংলৌ য়েননালেক্তি, সংলৌ য়েনরাংমা কক্লা রাংমা সনকন য়েনও তৌনা কৌএ।

কক্লা রাংমা সনকন য়েনপু, মনাও তোন্‌পা থেংকোই য়েনও কৌপতি কতৌনোংকিনো। মপন কোরৌ হুইমু নৈমা লিনকোইকি, থাংকারী লেরা অতোনপনা কোংয়াং চেপখায় লাং, কাপুক লৌভিংলাং, মোংপা উকায় লাংপু লাংতমপা। থুমনাও চারোক্‌পা য়েন্নাও চাউনপতা সংলৌ য়েন্না লেক্লা, কক্লা রাংমা সংকন য়েনপু সংলৌ য়েনপুম সানা থাংকারী লেরা অতোনপনা, মতৈ নৈমা তাইত্তিংমু খোংনাপীতা লমওক্করুপপু, তাই-তিংমু খোংনামপীনা মশানৌ থাংথারী লেরা অতোনপপু থেংকোইখিএ।

সংলৌ য়েন রাংমসু শুমায় রাইপুনথক্তা ফেনথোকখিএ। অতুনোং-কিপু মনাউ তোনপা থেংকোই য়েনও তৌনা কৌএ। সংলৌ য়েম্নালেক্, কক্লা রাংমা সংকনয়েন মনাউ তোনপা থেংকোই য়েন্না, ঈথায় পুনমচীং, সেকরা তাংতন পোক্তা, সংলৌ মতালাম্ য়েনলাঙ্ মনা লেক্লে। অতুসুং মতোমতে।

## ২৮। কৌত্রাংকোন

সংলৌ কৌত্রাংকোন, থুমু নৌরৈ মানপনা, খুনচান হেমপা লোইরেমপপু, তালোয় মরুমপী রাংমু চেঙডা চমুনা, কোংয়াঙ্ তাখোক য়ৈনা থংনিং মিকৌচীং,ঈথায় পুনমচীং, সেক্‌রা তাংতন পোক্তা, সংলৌ কৌত্রাংকোম্না, য়েল্লাঙ্ মশেন খোক্তিম্নমা, সংলৌ নারোম্নমা, য়েল্লাঙ্ মপান ফারে। অতুসুং মতোমতে।

## ২৯। শোরেমপী

থুলচাল নিংথৌ মশানৌ, মতোনপনা য়াউরৌ শানাপতা, হৈয়াঙ্ মচাখাক্ তাউচীং মতংথাকপু, হৈয়িং মখোয় কোয়, তাউচীং মখোয় লেক্লে। অতু নোংকিপু কোইরেল-ও থোম্নয়ে। কোইরেল লমওনথোক

লমচাও লম্মহনতা রোঙ্পা য়েন। সংলৌ "শেরেমপী" মনা শারোঙ তোময়াং মানপা য়েননা। কোইরেল লম্মহনতা, সংলৌ মনালেক্, য়েল্লাঙ্ মতা লায়ে। অতুম্সুং মতোমতে।

## ৩০। মৈথ্রঙয়েন

কেকে হাওকোক্ পানশীস্ রাপা পানতমপনা লময়ায় কাইপু তোংনা য়াউরৌ শায়েংকাই। অভৌ শেলপী লাংলোয় ঙমপা য়াউরৌ শাসেম কাই। হৈরেম মরকসি, কোনয়া থৈতিংপান ময়ুম্ সনলাওপা মতাইরেম। হাওর মুংতেক চন্নু। থাল্লে লৌকুমলম। লৌশী লম্মহনপু, ওম্লোন নাতৈননা রোঙপা য়েন। নোংপাললোন শেরেমপী, সংলৌ মায়খউ য়েন। মখোক্ লাইয়াই চমফেন মানপা য়েন্না; কক্রৌ নানপন থক্তা য়েল্লাঙ মতা লায়ে। অতুম্সুং মতোমতে।

## ৩১। য়েনপং

চাইপা অঙৌপা ঈয়ানকন্, চাইপা অপিশা নকিথেন, খৌপাল কাইনা লোক। তেকপী ওল্লা কোনথা পানপা য়েন। তুরেল চংলঙোইথা রোঙপা য়েন। সংলৌ লৈঙোইফোন, মনা ক ইরৈ য়েল্লে মানপা য়েনকা, সংলৌ "য়েনপং" মনা শারোঙ্ তেময়াং মানপা য়েনকা, য়েল্লাঙ্ মনা কিসিননা সংলৌ তুরোন্না খৌপাল কাইনা লোক্তা, খুতাপ ডাইরন ফং সংলৌ মপান ফারে। অতুম্সুং মতোমতে।

## ৩২। কাম্পা চোংতাইয়েন শামপা খুলথিয়েন।

হাউরৈ নোংপোকলা পাংপা লমতা। শেলপী কৈথেল লেল, মাকলং থনলাপোক্। লাংঙ্ কোনতৈ লোক্ লাইচা ঈয়াচাও চকপা অংকোচ্পু নাতৈননা। শেলপী তমলৌরেলতা রোঙপা য়েন। কাম্পা চোংতাইয়েন, শামপা নারোঙ য়েনপু কপো শামপা লাইরপনা। কোবৌ হুমিং-মতি শেকমু কৈথেল লেলকী লোইপী চীংকাকলেল কাকলেল শাকামু কোরৌ নোংসা রায়পু, নোইন্ন মচেং-মক খানাকএ।

কোরৌ ফুমিং-মতি শানম কৈথেল লেলকী : য়াউরৌ শানমপা খোংপান য়াংশানম ঙাহৈপা ; খোংপান ঙাইরেকপা পাংয়ায় লুকাইপপু কানপা চোংতাইয়োননা নোইন্নু মচেৎ-মপু তিল্লকএ। কোরৌ ফুমিং পাংকা কৈথেল লেলকী চীংয়ায় খুয়োংনাও নোংপান য়ৌচেংপী-চা কৌপা লাইহে পামপা পামেল চেনকুমপা তল্লা য়েনকাপা য়াংনাও শাথিপপু কামপা চোংতাই য়োন্না নোইন্নু মচেৎ-মক লৈরকএ।

কপো শামপা লায়রপা মতাইরেন, য়াউরৌ শানমপা লেমলৈ ঙাহৈপনা লাইচ ঈরোম্নুংকী লেমলৈ আংকপা পোংতন তান, রানচেং পোত্তন সেমনা রাইথুংলায়ে। কপো শামপা লায়রপা, মতাইরেন লোইপী চীং কাক্লেল মোংসা রায়না, ফুমনাও চঙনাপু য়েন্নাও চঙনা চেন্না রাইথুংলায়ে। কপো শামপা লায়রপা মতাইরেম, চীংয়াই খুয়োংনাওনা হৈরাঙ্ অমং য়েং তাউচীং অমুন খন্না : হৈরাঙ্ পোত্তমপু : নাউচীং পোত্তম সেমনা রাইথুংলায়ে।

কোরৌ ফুমিং-মতি, কপো শানপা লায়রপা মতাইরেম, লোইপী চীংকাক্লেলনা, কপো পাংকা নিংথৌকী মোল্লা মঙৈখাঙপু, শেলপীনা তেংথানপতি ঈংও কৌএ। ঈং মঙৈখাঙ য়াই ওইনপু, মরীক লাইথন্নুংকি রাইথোকখিএ। চকপা অংকো ঈতা কেনথরে। শামপা লাইরপা মতাইরেম য়াউরৌ শানমপন লাইচা ঈরোম্নুংকী থিনহল্লে। মোলমাং থাতা পমনা রাইথুংলায়ে। অতুনোংকিপু কপো মনাংখোনা, মমোম শেলপী অঙনপী লাংকমন্ন অহনপীপু, কপোশাম্পা লায়রপতা কাওচনরে। কপো শামপা লায়রপা কাম্পা চোংতাইয়োম্না, তরা চা-রানপতি মরাক লাক্লীসু মথোং খোংনিতিন, তয়ুম নাইসিরে। কাউরেল সন য়ামলোই উকম রাহোঙলে, শীংচা কোনখিল্লে। মরান শোয়খোঙ্ ঙাচঙপপু তানফংলে।

অতু নোংকিপু কপো শানপা লায়রপা কানপা চোংতাইয়োন্না, খুলথি য়েনও তৌনা কৌএ। কপো শানপা খুলথিয়েন, য়াংলৈ তাউপা হুইরৈ মানপা

য়েন। কপো সংলৌ চামপা য়েন্না, মনা শরোঙ তোময়াং মানপা শেলপী তরা চাথং লামপতা তরা চাথোই য়েন। কাম্পা চোংতাই য়েনকা শামপা থুলখি য়েনকা অনিমনা, চক্পা অংকোচীং কপো মতমপাক্তা, সংলৌ খেত্তিন্না য়েন্নাঙ্ মারোম্নমা শামপা কাংথোং ফারে। শামপা চোংচাই মনা লেক্লে। অতুম্নুং মতেংমতে।

## ৩৩। শোমেঙ্

সনাক্ নাকুমচীং, মরেনকানৌ য়েংপুল চীং, মঙন কমপোং চীংতা শানপা য়েন। চীংয়া শোইফোইমেঙ শোমেঙ্ লৈনৌ য়েন্না। মঙন কমপোং চীংতে, পামেন উরৈ সংনা য়েন্নাঙ্ চাদীং ফারে। অতুম্নুং মতেংমতে।

## ৩৪। ঙাতেন য়েন্

ঙোংপাল্লোন লিনথোইতমপীনা তাইতনা লময়েংতৈতা, চীংতেন কনীংতা য়ৌদম থাম্নীংতপকী, চীংলেল নাকপাক কোইনা চৎলমএ। অতুনোকিপু রায়রং কোইচীং সাংঙ তৌনা কৌএ। রায়রং কোইচীং সাংঙ পানপা য়েন। লৈয়ে ঙামিংনপা সংলৌ ঙাতেন য়েন। মনা তেল্লোং শমফা মাপপা য়েন্না। রায়রং কোইচীং সাংঙ সংলৌ মনা লেক্লে। অতুম্নুং মতেংমতে।

## ৩৫। ভাপাম্নী (ভাবাম্নী)

( ওনোম্নী পানা-মনাঙুন্ন শারি শারি তৌই। মসি ঈশিং য়াফম ফংতেনগী থুাংদগী করবা তিদাক মথল অমনি। মসি মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা তৌই— সম্পাদক্. )

ঈয়ুরা চীংথোঙ পোইরৈতোন থুলপী পোংনহন্না। শেলপী নিংপা কপো নাতপাপু লৈরিকপরা হায়না থুলথিঙৈংগা। লৈনুং পোইনাউতোন্না মামায় পোইরৈ মৈতৈ পাংনা হলরাইরকপত। চীংথোঙ পোইরৈতোন্থি চক্পা অংকো ঈকী শিরাই য়াউরৌ শাথুল তোনলাই, সেলচাউ পানপোকলাই, কোনী পনচন লাইপু লাইকারে।

হৈকোয় নোংথম চন, চুপা ডৈচায়েক্ লারাই নামপা চোক, খুয়া থমলোন্ সুরে চীংখোঙ্ পোইরৈতোনতি, চকমোম্ খামপী মৈরম ইন্না চঙখিরে। মৈচঙ-ও কৌএ। চকমোম খামপী মৈচঙ্ চীংতা রোঙপা য়েন। য়েল্লাঙ্ ভপোঙ্গী, চোইনৌ সনা লৈখাম মানপা য়েন্না, খামপী মৈচঙ চীংতা য়েল্লাঙ্ মপান ফারে। অতুসুং মতোম্তে।

## ৩৬। য়েনশক তাক্রমদারে

লম্নেল কক্‌য়ায় রাইরং অরেমপা থেল, তেংলৈ কৈ খানপোঙা পানপা য়েন। মনা কাউরেল সলনা মানপা য়েননা। রাইরং অরেমপা থেলতা। সংলৌ মপান ফারে, য়েল্লাঙ্ মনা লেক্রে। অতুসুং মতোমতে।

## ৩৭। পোংখা য়েন

লংমাই অমু কাংঙইপা শোয়নিচীং মপারি মেনলৈ লৈসংপা শাংনচীং, মশানৌ অরু অয়াং কৈসাপা পানপ। কৈসাচীং, কৈসন, য়েনলু-ফৌতা পানপা য়েন। পামেল মচাইরোয়গা চৈরেংতপা, তুমলা মহী সাংতা লেংতিনতপা য়েন।

সংলৌ পোংখা য়েন। মনা কাউরেল সলনা মানপা য়েননা। অমু কাংঙইপা শোয়নিচীং কৈসনা য়েনলু ফৌতা, পোংখাং রেননীং শৌরে। অতুসুং মতোমতে।

## ৩৮। লংমাই য়েনখা

শেললোই কাপচীং মখান লংমাই পাইরংখেন, শেললোয় তৌম-কোল লংমাই লংপাচীংতা পানপা য়েন। লুরাং লংমাইপা নয়েনগঙ্ সংলৌ য়েনখাপা, শেলোয় য়েনলংমাই, মনা চোইনৌ সনা লৈখাম মানপা য়েন। শেললোয় লংমাই য়েনখানা, কাপা চীংমতোন শেল্লোয় তৌমু-কোনতা সংলৌ মনা লেক্রে। অতুসুং মতোমতে।

## ৩৯। ফ্লুরোয়মু লাম্নংয়েন, ফ্লুনিন নাসিয়েন।

লমলেল য়েন তাব্রেল, ভারংয়ান অাতে মোইকাই লোক : লমফেন

ফুরাসিতা পানপা য়েন। লংমাই ফুরোয়স্থ থাঙতা কমপোং ঝোংপীনা। মপাম শেললোই চীংপু য়ৌকে ইনতাললকপতা। কোংয়াং ঝাচীনচাও, লোকলৌ শৌরাই তাঙনা ঙমপন্নে। লংময় ফুরোয়স্থ মমোম সংতে ঙাইমুপীনা ফুনিন নাশিননা। মপনস্থ সংসং তেপীও কৌএ। অতু-নোংকিপু, লংমাই ফুরোয়স্থ লায়ংয়েন মমোম সংতে ঙাইমুপী ফুনিন নাসিয়েন-ও তৌনা কৌএ। ফুরোয়স্থ লায়ং য়েন, ফুনিন নাসিয়েননা। শেল্লোয় ঙায়ংয়ান লংমাই ফুরাসিতা, সংলৌ মপান ফারে, য়েল্লাঙ্ মপোপ চাউরে। অতুস্থং মতোমতে।

## ৪০। অঙোময়েন

শেললোই উচান পোক কমসা হুইথিলোক্, পাইপঙ্ হুইমাঙ্ লোক, লংমাই খোইনিং থুল, অঙৌপা ঝাংতে থুলতাপা য়ুমতালোক্, লোকলেন অচনপন্না য়োঙপা য়েন। অঙৌপা ঝাংতৈ থুলতাপা ময়েন-খঙ্। শেললোয় অঙোম য়েন, তাউচিঙ্ ছৈরোই নাইনা। শেললোয় উচানপোক্তা, য়েলঙাঙ্ মরীচং সংলৌ মতা লায়ে। অতুস্থং মতোমতে।

## ৪১। য়েনশক প্রঙদায়ে

শেললোয় লম্মাপী নোংপান মরাইতাপু তায়া শললাপী, চেংকোয় নারল ঈপু ঙাকলাপী মরমখৈ। য়োইপু খোইমোম লাইরেমমা শাম্রিপী উকাপী কোংয়াঙ্ মচৈস্থনা পামহৈ খেল।

থাঙয়ি অঙন লৌ, লোইমোম ফৌকাক লৌ, মচেঙ্ পাঙমেন লৌ। হাউচেঙ্ খোলোয় লৌ, লংমাই হাউতমপনা শীংথা চীং, হাউমন পাথায় খেল; ঙাইরোং ঝাংপ চীঙতা পানপা য়েন। মপান লেমলৈ ঙায়ম মানপা, মনা তাউপা হুইরে মানপা য়েন্না। থাঙয়ি অঙন লৌতা পামেন চুরৈ হুয়ে, য়েললাঙ্ মনা লেক, "ফামচা" মপান ফারে। অতুস্থং মতোমতে।

( থঙবিগদবা :—য়েল্লোন নম্বর ১ সিংদগী য়েল্লোন নম্বর ৪১ ফাউবা

উমংলাই খুন্দা ভোল্যুম ২১/২২ সেপ্টেম্বর/ডিসেম্বর থা ১৯৮৫ ইংদা ফোঙদোকখরে। )

## ৪২। পেরুক্‌

চীংপী লৈমা হাওখোমপা চন্নুনা ওইখিপা য়েন। কেকে মোইরাং লৈমা চেকখুরামপী থোংঙাই ফাপী ময়েনখঙ, লারায় হাতাংসাং, মপান শিন্নৌ লংস্নুং মানপা সংলৌ হিংনা থংপা য়েন। অয়াঙ কাংনুম্ন কাংগা কাওতৌয়াং; লুখম রাংপা লাইপক তালপা, হৈত্তৌ নীংথম খমপা, মোংখা শমচিন চিনপা, নিংনা কৌপা মাঙনা চোনপনা। কৌপা ঈরোং থোংকী লমকা হৌনা খাকপা লমকারকপতা। ভুরেল লাংমৈপুঙ কান্না চোংনা, অঙৌপা লৌকংতা কংতা লৌরেলপা লমলেন চাওপী কোনতা লমকা থাংনা; চীংপী লৈমা হাওখোমপা চন্নুনা ওইখিপা য়েন।

কেকে মোইরাং লৈমা লৈমা চেক খুরামপী ময়েন খঙ লারাই হাতাংসাংপু; য়েল্লাঙ ফান্না রায় সংলৌ হিংনা থংনা, অয়াঙ লমকা থাংনয়ে। অতুনোংকিপু অয়াঙ কংমুগু পেরুক শমতোংয়াঙ চাকহেন য়েনও তৌনা কৌএ। কংতা কাওতৌয়াঙ চাকহেন য়েন; চীংপী লৈমা ময়েন খঙ, লারাই হাতাংসাং সংলৌ হিংনা থংপা য়েননা। অঙৌপা লৌকংতা কংতা লৌরেলপতা; য়েললাঙ মরীচং পেরুক্‌ মতা লামলে। অতুমুং মতোমতে।

## ৪৩। শারীয়েন

খোয়নৌ নোংপানলোন কোরৌ খোংচোন্নদী, য়োইকমলোন মতা তরুকমক্না। কোরৌ নোংকাওঙ চীংউ পনতালওঙতা। কোরৌ মুমিং মঙানিবু চীংপু নোংপু থংনা ভাইরমএ। অতুনোংকিপু "থংকান চীংসা খুললেনও তৌনা কৌএ।"

থাংকান চীংসাং অচংপুঙতা রোঙপা য়েন। চীংসোং নিনতুম নিন-ভামপা ভাল্লোই মরুমপী অপুং মচন থেমপী সংলৌ মখুংথা, য়েল্লাঙ মনাও য়োক্‌, মনা ফিকে লমথাং মানপা, মহৈ ভাঙনা মুনপা, কোরৌ

নোংশাগৈ মাংকোল মনোংসাত্তা লাংচয়েন। কৈসানা য়েনলুকৌ, চিক্ অঙাঙপা চৈরৈ ফিহাই ভুমতপা য়েন। অপুং মচন থেমপী ময়েনখঙ্, য়েল্লাঙ্ শারৈয়েননা, চীংসোং অচৎ পুঙতা য়েল্লাঙ্ মপান ফারে। সংলৌ মরোং থাইরে। অতুমুং মত্তোমত্তে।

## ৪৪। ঈসং

লমলেল লিলতু লৌকোং পাৎ কোংপা ভাচৈথেল। হৈরেম কাংহৈনু লেমলৈ ভানা পামপী কোংপা ভাচৈথেলতা রোঙপা য়েন। লাইচা ঈরোনমুংতা পানপা য়েন। সংলৌ লিচৎপা মালেম লৈমায় তাপা য়েন লাইচা ঈরোন ফাঙনা মত্তোম সংনা নৌপা য়েন "ঈসং" লৈমায় তাপা য়েন্না। লমলেল লিনতু লৌকোং পাত্তা ঈসং মপান ফারে, য়েল্লাঙ্ সংনা নৌরে। অতুমুং মত্তোমত্তে।

## ৪৫। থাঙতুপ

থাঙ্রায় লৌতাংখম্ লিরাপোক্, লোইমোন ফৌঙইপী থাঙরায় নময়ায়চীং থংকান অয়মপা মৈহনচীং, মরাম খোঙয়ামপা লানতাচীং, তাংখম লিরা পোক্তা রোঙপা য়েন। মমা পীশিন থৌয়ামপীচা। নিংথৌ কাংলিংপনা ঙইখিপা য়েন।

মহক শাফু শ তানপা কোংয়াং লাইরা মানপা তাংনা তেনপা, মনা লাংপন কৌতু মানপা। খুলপী লৌথাঙতুপ চামেন মানপা, মহৈ শরী চোমচাও মানপা য়েন্না। মরাম খোঙয়ামপা লানতা চীং তাংখম লিরা পোক্তা, থাঙতুপ মউ চাওরে, য়েল্লাঙ্ চুম্না পাল্লে। অতুমুং মত্তোমত্তে।

## ৪৬। য়াইপন

অরাং থাঙ্রায় ঈসাইখা নেপা লৌসনলাম রাইরিং চীং চীংমানতা রোঙপা য়েন। হৈতৌতোনকা শাকাপয়েন। লুরাং পুরেল মুমানপা শেল্লোয় শেলথিনোং। লংমাই পাইখিংনোংতা লাংপন খোইনিং হুকা তৈনা, য়াইখু পানতা থোং শেল্লোয় মুংখোংপী য়াইকাপ য়েন। লংমাই

মুঙলাওপী য়াইতম য়েন। লুমাং মুমানপা ময়েনখঙ্‌, হৈভেৌ ভোলপা শাকাপ য়েননা। রাইরি অচনপতা মালেম লৈফা উরক্রে। য়াইপন মপান ফারে। অতুস্থুং মতোমতে।

## ৪৭। লোক্লে-পুন্লে

লিংলিং লমমরু ঈকৌ লমনামুং ঈসোই লম্মহন, ঈথোইলোক্‌ ঈহাংলাতা পানপা য়েন। থিংলৌ ওকয়া তাংনা ওক্লেল নমলী লোক্তরিউে, লোকলৈ সিরাইতুনা চাক্তায়েন। থিংলৌ থুচুম কেনতনা পুনলৈ য়াথং শেংনা চাকথোক য়েন।

লোকথাই থিপা, পুন্লে শাথিপা য়েন। ঈরেম তোইপী মরু অপাং সল্লোইপা তম্বুম নাইচা লাকপনা। য়াওয়োক শাসেম য়েন। মৈতিংঙ্‌ শেলপী কিয়ামপাপু থেমথা য়োইথোন য়েন। লোকলৈ নাপোপ চাওনা পানা য়েন। পুন্লৈ নাওক য়েম্না। লম্লেন ঈথোইলোক্‌ ঈহাঙ্‌ লমতা. য়েল্লাঙ মপান ফারে। অতুস্থুং মতোমতে।

## ৪৮। উচিনা-কংলা য়েন।

লিনরায় ঈমরু ফাংলৌ লাইমা কোন, মিরা পোংথোক্রুম, লমলেন কোনপিরা ঔরি শামৈ থাং, লিনরায় খাংপোক কাকলেলসি নামসং কোনতা পানতা পানপা। সনথোঙ্‌ তাইমায়েন অখোম শীংউং য়েন। সংলৌ রানসকপা রাংকন অকনপা।

য়োইহৈতোন তাউথিংমাং সংলৌ ময়েনখঙ্‌। তাংকোং চৈশৌতা য়েল্লাঙ খুংখাঙতপা, নোইনু থুমকারাইপা য়েন। সংলৌ উচিনা, তেক-তেকপান, য়েললাঙ রানশাপক্‌ রাংকন অকনবা সংলৌ কংলায়েনকা, য়েললাঙ্‌ উচিনাকা লিনরায় ঈ মরুতা। য়েললাঙ্‌ মনা লেক্লে, সংলৌ চাসীংফং পামেন নাপুলোললে। অতুস্থুং মতোমতে।

## ৪৯। য়েনশরু প্রংদারে

কৌপা লমকাপাই লাইকা লমতাইথেং, ঈরম নাওশোং পাং, ওকথোক্‌ লম্মহনতা পানপা য়েন। মখোক চায়াই চমকেন মানপা, মনা

য়াংলৈ তাউপা ছুইরৈ মানপা ১ য়েললাঙ্ নাক্তৈমদি সংনা ফপা য়েন। ২ সংলৌ নাক্তৈমতি য়েল্লাঙ্ কুরোক থোকপা য়েননা। লাইকা লমতাই থেন্তা য়েল্লাঙ্ মপান ফারে। অতুমুং মতোমতে।

### ৫০। য়েয়শক্ প্রংদরে

মৈতিংঙ্ নাউথিংখোং মঙাঙ ঙমপপু, নোংয়ায় খুমন লৈমা রাঙম-লোন থোংঙাইখোং মকুমসা। নোংয়ায় শাকু তাইরোংমনপু, লেপ্না মুন্না কুসাপাতা। পাক্লোয় শাঙৈতে হায়না য়াংমু তুংথাংনা থাঙকোয় য়াংনমশেন্ থোক্লাং লেংতা থোং পাইখু লেংহান্ননা শাচেনপা কুমপু, লমতা কুমগুনপতা। লমলেল মকোইফোং নাক্তং শারোন হু; চেকমোম খাম্বী মৈপোক থোক্পা কুমতা। হাওসি মতাংকা, মানসং মনা লেকপকী তরা চামাঙ য়েন। সংলৌ য়েনমাঙ্ য়েন্না, মানসং মনা লেক্লে। অতুমুং মতোমতে।

### ৫১। লাব্রাই থারাপোন

রাঙমলোন মতু চন্নু শরাংথেম লৈমা কাপু থোমপী লাম্লোয় শীংচা পৈতা রোঙপা য়েন। মনা য়াংলৈ তাউপা ছুইনা মানপা য়েন্না, সংলৌ মনা লেক্লে। "লাব্রাই খারাপোন্" না সংলৌ মতাং কারে। অতুমুং মতোমতে।

### ৫২। তিলাহৌ-চনম্

লমলেল ফেনপারা পারা অচনপতা রোঙপা য়েন। মালেম লৈচানম্ চানম্ লুচাওপী-চানা; লমলেল ফেনপারা অচনপতা সংলৌ মপান ফা চনম্ মরু চাগুরে। তিলহৌ মনা লেক্লে। অতুমুং মতোমতে।

### ৫৩। য়েনশিল

য়োইপু থাঙতা খায়োইরোন চাতা পোংলেল খোমপী ছুয়েন সনায়োঙ্ফাপী, কোনলোই সিলাল পুঙতা চীংশোং নিংথৌয়েনপু, লৈমু

---

১। মনা নাকল অমনা শংনা ফজবা ২। মনা নাকল অমনা তৌক্লনবা মতু চোম্বা

শেংতাক্‌ পুঙতা য়োঙপা য়েন। তাউচিং হৈরোমনাই, মরী শিন্নৌ লং-চা মানপা, মনা চোইনৌ সনা লৈক্রেং মানপা য়েন।

ওাম্নুরোল খুলয়াইচেনপী লুরাং লৈমা নাওখোং কাইপীনা, লেমলৈ তীংলিকেল, য়ানয়েং সুচা নমলপপু, মুয়ান য়ানতোন থক্কা পুন্নুং লাংহৈ য়েন।

হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিপা সংলৌ ময়েন খঙ্‌ তাউচিং হৈরোয়-নাইনা, চীংশোং নিংথৌ লাংয়েনপু ফান পুঙতা। সংলৌ মরীচৎ য়েল্লাঙ্‌ মপানফা য়েনশিল মতা লামলে। অতুম্নুং মতোমতে।

## ৫৪। মাইরেন

কংলৈ মতাইমা য়াওরৈ লৈয়াথি খুলকাম্‌ লৈনাম্নুং, ঈরেম নাওসংখুনা তাওতল শাংনপুঙ। শেকমু নাওসং কায়না মোইতং ফুয়ন পুঙনে। কংলৈ সুম খোঙপান য়াওরৈ লৈয়াথিতা য়োঙপা য়েন। য়াওরৈ চিথিয়েন, খুলকাম নাওথিয়েন। খুলকাম নাওথি য়েন। ঙশাংপম য়াচাওয়েন। সংলৌ সংলৌ য়েনসিপোং য়েনমাইরেল, থামীংচোন থামাইরেলনা; লপলৌ কৌসাংইন, ফক্লাং লোনচাম চঙ, উরা হুমপুরোয় চানা ঈরু মতাইকাঙ্‌, পাকু ঈতাইথক্‌ য়ুমচিমচাক্‌ নারেং থক্কা নায়ৈ য়েন। মনা তরেৎ শেলকোয় মানপা, মহয় পুইখাকোয় মানপা য়েন। সংলৌ য়েনসিপোং য়েন মাইরেল নোংপান অয়ামপমপা ময়েন খঙ্‌না; য়েল্লাঙ্‌ মরী চৎলে। অতুম্নুং মতোমতে।

## ৫৫। ক্যাংখিল

( থাইনা মমাংঙৈদা, হৌজিক কালগী কল-কারখানাদা পুথোক্লিবা চেশিং অসি ফংজিঙৈদা, খুংনা চে শারম্মী। মতুং মৈতৈ চে হায়না খঙনৈ। মৈতৈ চে হৈবা লোইয়বা মতুংদা কাংখিল হায়বা উহৈ অসিনা চে অদু নান্নবা অমদি ইবা য়ানবগীদমক্তা কাংখিলনা ইস্নি তক্নমই। হৌজিকসু মৈতৈ চে শাবশিংনা কাংখিল শিজিন্নরী— সম্পাদক)।

থুলপী লোনলুমকাং, লৈমুং চীংখোঙ্ পোইরৈতোম্না মালেম থুলফাওলী, চীংসাং কাংলী নাই। নোংয়ায় অমু কাং রোইপনা মোংপা থুললম ইনপতা, লাইচা ঈমুং হুকপগী ঈমু খুপুন চোংপকী লমওক্লরে। লাইচা ঈতারপপু চীংসাং কাংলী পায়না য়োই ওইরকএ। নোংয়ায় অমু কাঙ্ ওইপা য়োই ওইলী, মোংপা থুল্লমকাং, চীংশাং কাংলী-শাং, মৈত্তিংঙু লোইতোংপা পাওতোয় কাং, মাপুম শেল্লোয় লংমাই কাং, চীংসা অনি নানম কাং, ঈলোক অনি পাফল কাং, ফেনতি সোংচা কাং পাথং চায়ন কাং, মোইনা তামুল কাং, খাপী লেংনাও মোমপীনা চৈরে লেংতোন য়াম্না লৈকাই হেল্লোয় চঙৈতা; চৈরৈ ফি কাওসানা মত্তা থুলপোই কাং। ঈলোক পাফল কাং চীংসাং কাংলী সাংনা সংলৌ মরী চৎলে, য়েল্লাঙ্ চাশীৎ ফংলে। অতুমুং মতোমতে।

## ৫৬। শৌক্রী ( শৌগ্রী )

লমলেল কংলৈ থুলতোনপান, রাংখৈরাকপা মীমোমপা পুঙলেল মখুৎফা। হুয়েন লাম্নিকিতি কেকে মোইরাং শেকমু আরাপা কাইপী লমকন য়াঙপু, লৈম সেংতাক পুঙতা পুঙলেল মপান কোয়না রোঙপা য়েন। শৌকুরি নারেংপা থোঙনাঙ্ মানতৌরীনা সংলৌ মখুৎথা, য়েল্লাঙ্ মনাও য়োক্না সংলৌ মনা লেক্লে। কংলৈ থুনতোন পানতা য়েল্লাঙ্ চাশীৎ ফারে। অতুমুং মতোমতে।

## ৫৭। ক্রোকে ( ক্রোগে )

থাইনা মমাংঙৈদা মীওইবা সমাজনা চাওখত্রিঙৈদ থাউ ফংত্রিঙৈগী মমাংদা কেগে মরু লৌরগা মকু খোক্লোক্তুনা পজেং মচিন তুম্বা অমদা পরেং লেংলগা মৈ থাতুনা থাউমৈ ওইনা শিজিন্নরমই। —সম্পাদক্।

খাপা নোংচেংথক্ অশৈ তেয়ান হৈত রায়। চাওপা মেনলৈপনা শিরী খমোইত্তিং লকা তেনমৈ লাক্‌না রায়রা তেনথা লম। খাপা নোংচেংপকা মপারি সংকাই তেনহুনপকা, মমোম কাংকম ঈচুম্নীকা

মাখোয় অহুম্মনা কুপ্তকা লোকচুম ওই, খমকোই কারোং ওইনা নোংমন য়ায়। খাপা নোংচেংথক কংলৈ ঈচিনকৈতা য়োঙপা য়েন। নোংপান অরাম পামপা অহোঙ য়োইথোন য়েন। মনা চাংচৌ খুৎকাং মানপা, মহৈ অচুমপপু; নোংপান আরাম পামপনা লংমুং খোঙকা তিংনা খাপা লীক্লেংতৈ, লীক্লাং পরেংসা, লাকা তোইতুপ চননা লীক্লাং য়ায় মঙাতি অহোঙ য়োইথোননা পুমুং লুম য়ান্নবা থেরে লাফান্না কংলৈ তেক সোন্নয়ে।

নোংপান অরাম পামপা অহোঙ্‌ য়োইথোনয়েন। কেকে নারোঙ-পানা, খাপা নোংচেংথক্তা মনা চাংজৌ খুৎকাং মান্নক্লে। অতুমুং মতোমতে।

## ৫৮। হুংকাম (হুঙ্গাম)

লম্লেন কংলৈ মাতাইমা য়াংখৈ লাকপা মীমোমপনা মুরা কৈমান অথোপপু অহোঙ্‌ য়ুনৈনপা লমতা পানপা য়েন। য়েল্লাঙ্‌ মপানতাতি শিন্নৌ মেনতং মানপা, সংলৌ হিংনা থংপা য়েন। সারিকোনকা য়েননা কংলৈ লম্মহনতা সংলৌ মপান ফারে, মতোন পেরেসানা “হংকাম” মনা লাক্লে। অতুমুং মতোমতে।

## ৫৯। হৈচাং (হৈজাং)

লম্লেল চেংলৈ লম্মহন হৈচাং মেননমপোক। অবা লানলুফৌ, মুন্নলৈমা সনা পুপী লৈমু শেংতাক পুঙ্‌। চীংলেন নোংতাই নিংথৌ চমু চেংলৈ মসুমাঙ্‌তা য়োঙপা য়েন।

মনা কায়রৈ য়েনপোন মানপা, মপান পরোঙ য়াথিন মানপা, মতোন লুফানীকপা য়েন্না। চেংলৈ লম্মহন চীংলেন নোংতাই নিংথৌ মসুমাঙতা সংলৌ মনা লেক্‌ য়েল্লাঙ্‌ মনম চাওরে। অতুমুং মতোমতে।

## ৬০। পানথোক্‌

লমলেন খুরোয়পা ঈয়াকাক, মানলৈপা হনচিনকোন, খুয়োন তেনরম। য়াইথিং কাপনরায়, শোঙলেল হানরম, নাম্বপা চুঙশেনকোন,

শোঙলেন পানখোক পোক। ঈহহা শোয়রেল ফুমপী থক্তা রোঙপা য়েন। খোংপান চিথেক লাভারেং চামলৌ লাংতাং কোয় নমঙৌপা।

কেকে মানপা তোয়তাও লা, নোংচুপ হাওরেং কাইপী মলালিং, হাওহু সোনমোই তাওপী মথুং থা। চামলৌ লাভারেং হয়িং সংখোংনামপী খোইয়া পেতুসংনা ঈমু খয়োমননা, চীংউ নোংথৌ শোরারেলতা ঈ কৎলা। নাওয়া তৌকোন হৌনলা, ঈমু খয়োম্ সান য়েন। চীংলেম মনাক হোৎপা পামেন উমৈতুপ নাক্লাং শারোন ছুপা, পুচেং কোকপালৌ লাংচেং খোনপা লৌ। পানফুক পানকোই লৌতা রোংপা য়েন।

তাংখুল পানপী নীংপাকপা, খোংপান চিথেক লাতালেং। চামলৌ নমঙৌপা শোঙ্লেল পানখোকপোক্ ঈহহাতা। পানপী মকাচাও, চামলৌ মপান ফারে। অতুসুং মতোমতে।

## ৬১। খোমতুম ( খোংদ্রুম্ )

লমলেল খুরোয় লৌশোয়রেল্ শোইরেল চাপী লোক-ও কৌপতি খোইমোম্ লায়য়িংথৌ হংকেল লোংনা থাপা মপারি, কুপা তেনভাঙপা, লৌনং য়ায়মপা, শীংনং অতোন্‌পকা; খোমলাং চামায়ান মায়রং চামায়াননা তরা চাপু চীংপুঙপে। রাংলৈ য়ুপু লৌখোং তৌনা হোংনেমঙে। তরা চানাঙম্ রাংলৈ য়ুনা ঙম, হাওতৈ কোক্তা কারপকী শমু মথুংতোনপু লোয়রে। খুরোয় লৌশোয়রেল শোয়রেল চাপী লোকও তৌনা কৌএ।

খুরোয় লৌশোয়রেলতা খোমলাং চামায়ান, মায়রং চামায়ান্না হোঙ্নেম য়েন। কোপলোঙ্ লীচৎপা খোমলাং লীনাইপা, নোংয়ায় কোংপুহনবা ভাইখোং খুলঙম খোম।

ছুয়েন য়াইখোমপা শরীকতৌ অথৌপা কানখোম্, খোয়াং য়ায়তা শীনপা, কোকনা থুম্পা, নীংনা থাপা খুরোয় লম্মহনলা হোঙনেম য়েন। মপান লুপা পেরে মানপা য়েন্না। কোপলোঙ্ মরীচৎলে, খোমতুম চাওনা য়াল্লে। অতুসুং মতোমতে।

## ৬২। রোকত্র্

লম্লেল মতাইমা থৌপাল লাইচা ঈরুপা খুমন কচেং লৌথৌপাল, ঙানপা তুচোংরায়। খোইমোম থাপী লেংনাও মোম্পী য়েনপোৎ হিনোই য়েন। মশাপী নোংপোক্ মালং হুমওইপা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ অরুবা পানপা কৈসা ঈ।

থৌপাল কৈয়ামপান, চাইপা অচৌপা ঈরানকম্। চাইপা অপিশা মহিথেলতা পানপা য়েন। তেকপী ওক্লাকোনতা রোঙপা য়েন। তুরেল চঙ্ লৈঙোইনা খোঙসোম য়েন্। মালেম লৈফা নীক্লা পানপা য়েল্লাঙ্ নাকুপপা। মপান লেমলৈ ঙাক্কম মানপা সংলৌ মনিংথোংসু তেকপী ওক মিংনপা। সংলৌ রোকত্র্ য়েম্না, থৌপাল লাইচা অরুপতা, মালেম লৈফা নীক্লে। রোকত্র্ মপান ফারে। অতুম্বুং মতোমতে।

## ৬৩। থোইতিং ( থোইদিং )

লম্লেল মতাইমা লম্লোই কৌপা ঈ মরু, নোংকাও চীংলুখুম, খোয়নৌ নোংপান চন্থু মতা তরুকমনা কোরৌ নোংকালম। লিক্লাই পুঙফাৎপুঙ মরমথৈ। মারেম তৌকাই অঙাইপা মচীংসাংপু নাতৈননা, লোইপী কোইরেং মপুঙ য়ায়তা পানপা য়েন। সংলৌ মনা য়াৎপা, মপান হুইত্র্ তুত্তানপা মহৈ লেমলৈ ঙাক্কম মানপা।

কোয়রেং হুপী হাও থোইতিং, থোইতিং অকুপপা চকমোম মৈরা য়েন, সেকচপ থাওম্বুম য়েন। চৈরৈ লোংচুম য়েন, য়ুরান রানতোন থক্লা পুম্বুং লাংহৈ য়েন। কোরৌ ললসা য়েন রাংপন পাওফাও য়েন। পোইরৈ কাওপী সনলোইপা তয়ুম নাইসিপনা থোংপা য়েন।

মরান অতোন তাপানা চাত য়েন। কোয়রেং হাও থোইতিংনা লোইপী পোত্তমপু, থোইতিং শুমখোঙ্ থম্না রাংকোন পুকৈ কারক্লে। অতুম্বুং মতোমতে।

## ৬৪। হুরাই থাঙ্পাক

লম্লেল চেংলৈ রাংকোন লেল, থায়াংপা পুরুম শঙ্, অঙৌপা

মুকাপশঙ্, চাখা য়োংখুন খুলঙমশঙ্, থাঙস মোইকাই কানশঙ্, আতে থাপুকচা ব্রাংকোন লাই মুরা হোঙনসঙনে। ব্রাংকোন পুকৈরেল চেংলৈ লম্মহনতা রোঙপা য়েন। খোইমোম লাইনিংথৌ থাঙ্ব্রায় মারক্নপা চীংউ রোংচা চীংমাপা সংলৌ মখ্ংথা। য়েল্লাঙ্ মনাওয়োক, শামুতোন্ অয়াঙপা ব্রারোঙ্ য়েন। কোংলৌতোন লৌথিপা ব্রাচাও য়েন। পুমুং লীচংপা থাঙ্পাক লীনাই য়েন, অয়াঙ চারাগোয়। লেমথোং পাখঙপনা তরা চাহেন য়েন।

মৈতিংঙ্ হোঙনেম য়োইখুনচাও লুকয়ি শেল্লোয়নাই অতাই চিরাং নোংতা চাতা লাইহুই তোক্ য়াকা মতোন লোম্নে। তেলোঙপা শীতোকলপতা; মতাইরেম পুথ্রন মতোনলোম, নোংথোন তেম্থাঙ্ লোম্না তরা চামাং য়েন। থাঙপাক্ লীমাই য়েম্না, চেংলৈ ব্রাংকোন মরৈকাই ইংখোল ফৈরোয় থক্তা পুমুং মরী চংলে, থাঙপাক মরোং থাইরে। অতুমুং মতোমতে।

## ৬৫। চংপী লফু

চীংখোঙ্ পোইতৈতোন খুনথোকলা, পোইনাওতানা খুল্লিংলা, তাকুং লান চেনলা তাকাই খুনথোক লা, কৌপা ভুংচেং লা, চীংপন লাংরোন-লা, থাঙ্ব্রায় মুচেং লা, পোইরৈ থেন্লাং লা, রাঙম পোংথৌ লা, কৈহৌ নাওকন লা, কৌপরোনপু চমু তোইপি শোয়পায় লান্থেমপীনা, খোয়নৌ ঈতা খোইনাই ওমপু চমু-ও। থোঙ্নাঙ্ চীংতা পানপা লাপু লৈএ।

থোঙনাঙ্ মানলৈ চীং, লিনতু য়াঙ্তেক চীং, মেনতে নিংথৌ সারাপা কৈরেল থা, মেনতোং মুঙকায় পোক, হাওমু লাঙৌপী লাঙৌপা খাংথোম লোক্তা পানপা লাপু, চামলৌ লাচেনসে হায়না পাওমেম্নটৈ, হায়নু তেরা লৌথৌপী য়িয়াক পাওতাপীনা নাতারকপকী থোঙ্নাঙ চীংতা পানপা লাভি কতৌনকপনো।

কেকে ঙাইতে লৌকোম্নং, থমপাল নোংসালৌ, চেকাই লৈয়াখৌ, ওইনম্ খ্ংপী লোক্তা পানপা লাপু চামলৌ লাচেনসে হায়না, চামলৌ

লাতমকোয়, পুন্নুং লাপান ফুকনা লাচেন্নরকপপু; কেকে মমাইপা খমপা পুখন্নাও মায়ুম খোইচেন্নাও লেলখাঙ অন্নাংপা চীনপা ভানোয় সেন্নপা ফানা; ঈমোম য়োইপুনাই কেকে চন্নুরা মুন্না সন্না তোংপীসিংও! অয়ুম কেকে থেরাং লা মোইরাং পোংথৌ লাপু, করিকী চামলৌ লাপান ফুক্না লাচেন্নরকপনো হায়না; কাইরৈ য়েনহাই চেন্না য়িমলকনা ফারে, পানম সমতাল্লক্রে। তোইপী সোয়পাই লানথেমপীনা পাওমেল্লকএ। ঈতু নিংথৌ খমপা পুখন্নাও-ও! কেকে ভাইতে লৌকোম্নং মোইরাং থমপান নোংসা লৌতা পানপা লাতি, কেকে লমতি থাপএ, মোইরাং লমতি তামএ।

অতু নোংকীপু, অয়ুম কেকে খোয়রী লৈমা কৈথেললেল, হৈরেম রায়রপী রায়রপা কাপাক লানথোয়াঙ, ফানপুঙতা, চামলৌ লারিংকে হায়পকিপু, পুন্নুং লাপান ফুক চামলৌ লাশম ফোয়রকও হায়না লাচেন্ন-পনে। কেকে মীরায়রা, মোইরাং মীচুথাপনা, চামলৌ লাখোক য়ান, পুন্নুং লারাক শেংনা য়ানমুনো হায়না পাওমেনখোনকী, মতু নিংথৌ খমপা পুখন্নাওনা, লৈকাই ফিমু তাইচিংনা য়িমলক্ নাইফাপপু হনরায়-পীখিএ।

কেকে খোয়রী কৈথেললেলতা পানপা লা। কৌপরোনপু চন্নু তোইপী সোইপাই লানথেমপী মরিং লা, খোইবাই রোমপু চন্নু মখ্খা। লাইরেল মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপনা মুঙকোন খুলঙম লা, চীংপান লাংপন লা, নোংথৌরেল তুপী চন্নাইলোংপানা মুঙতেক খুলঙম লা। হুয়েল মুঙকারেং ফানা লা, থোঙনাঙ ময়াঙ ঙমপা তথেল খুলঙম লা।

হুয়েল মুঙকারেং ফান লা। ফুপা খোংতোং লা, খোঙনাঙ কুরায় ঈ খোঙতোং লা। চীংপান লাংঙন লা। চামলৌ লারুং কুইপা, পুন্নুং লাকৈ পাকপা, খোয়মা লা ঈ থোংতপা চামলৌ লামায় চামতপা অহোঙ পুঙফা লা, থেরে লাফান লা, পোইরৈ থেরাংলা, রাঙম পোংথৌ লা, অতাই চিরাং লা। কাপুই থাংকান মচীংসাংতা রোঙপা লা, পুন্নুং

"চংপী লক্কু লা" না লোইলী চীংমায় হেনলে, চংপী লাপান ফারে, থয়ো কোয়া য়ায়ে। অহুস্নুং মতোমতে।

### ৬৬। সনথোঙ্ তাইময়েন

থাংচীং লাইমরু অচিপা সনা মথোঙ থাতা রোঙপা য়েন। অথোম শীংউংয়েন, ইমুরা চীংথোং পোইরৈতোন খুলথিয়েন। সনথোঙ তাইম-য়েনপু, য়েল্লাঙ্ মপান ফারে, কুমশীং য়েনথয়না নমু মীয়াম পায়ে হায়ত্তপরা। হো লিক্রাই-ও।

য়েন অসিদি হকচাং কয়াংস্নুংদা পানবা য়েন্নি। থম্মোই য়াংমোই শেক্লিংনচিংবা হকশেল কাংলোনগী লাইরিকশিংদা হায়— "সনথোঙ তাইময়েন অথোম শীংউংয়েন, নারবস্নু শিদয়েন, শিরবস্নু পুমদয়েন" অম্নুয়া অরিবা লাইরিকশিংদা শীংথানৈ। আর্টিকল অসি উমং লাই খুন্দা ভোল্যুম ২৩/২৪ শুবদা মার্চ/জুন ১৯৮৬ তা কোঙগ্রবনি।

চথাবা চীংমৈশাংদা পানবা য়েন=নপ, নপথী, "শম্থোং তাইমায়েন অথোম শীংঙ্ংয়েন, চথাবা চীংমৈশাংদা পানবা য়েন, মরি শম্থোই চীংদা পানবা য়েন নারবস্নু শিদয়েন"— অরিবা মণিপুরগী লোনগৈ— লামাই ৫২ পদ্মশ্রী, শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ।

---

# ৩। চাদরৈ

খোম্জিনবা :— য়োইরাংথেম নরেন্দ্র

খয়োয়রোল্ তাওখোং কাইব চনু লিকলা পীসিল্খোম্বী নুরা লাংম তোম্বী খোয়ম তেলচয়গুম্ ময়িল্লকপী, লাংবল কউথাগুম্ নাল্, মতোম্ লউরায় হুইজ্রগুম মপোপ চাউ তিঙ্গোইগুম মমা লেকলবদ মপল পম্থৌ নিংথৌ চীঙ্খোঙ্ খোঙ্কাইরাইবন নিংথৌ ফানদে সোঙ্লাইবদ

কাউজনগে হায়ববু মমোম্ লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন সমু মখোঙবু থীনন রাকন্খিয়ে। চক্প মহারেংব পাখং লোলনিঙ্ য়ীয়াচা খুকলু হুংম তোম্বা, পাখং সঙ্গাই য়াঙ্নম সোয়ব সমু পাংসোয় নিকপন কোঙ্য়াঙ্ রাতায়য় তারি তেংব মরাক্ থাঙবু চইরই কাঙ্খল্ হুংদ চীম্বাল তারি খোংন মোলরোয়বদ থয়োয়রোল্ তাউথোং কাইব চম্নুন মপল সাল্খঙ্দন মতু সান্ফোংদন চক্প মহারেংবদ তাংথখিরে।

লোক্সু হুম্বী মরল্উন য়াইবী লয়ম কাঙ্নৌ তোরা মরা রোই, কৌব চীঙ্মাল্ লাংমাল্লঙ্ অয়াঙ্বন চইরই কাঙ্খলবু হুম্থোক্সবগি চক্প মহারেংবগি সমু পাংসোয় নিক্পবু লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন চেংলউ মিংথিংল মিংয়েং সানৈথরবগি তাওথোং কাইব চম্নু লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন মপল্ পম্বৌ তাঙ্জ য়িকাইরা মতু সেল্থোয়ব রাগিবু পুক্নিঙ্ য়ীরৈ চন্নদি হুংরোনখিয়ে। চক্প মহারেংবদি তাঙ্জ য়িকাই থোইন হুইয়ায় সেল্কোইরবগি হুক্ন হান চেন্নক্লে। হুক্ন হান চেন্নক্রে হায়বগিবু মহওরো তৌন কৌরে। চক্প মহারেংবদি থুক্লু হংনাইদন সমু পাংসোয় নিক্লবগিন অরা হক্ন চোক্লবগিনিন মহা লোক্খন্মগি লয়কু লয়রাই মুংদ কুন্ন খাঙলম্মে অতু নোংগিবু লয়কুনরো হায়ন কৌরে। চক্প মহারেংবদি অরা হুইরাং সোম্নবগি চীঙ্লেল লোক্থল্ মদ তুমিনন লোংলে হায়বগি তুম্মিল লোক্রো তৌন কৌরে। লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন চক্প মহারেংবগি মার মখোঙ্খুনবু য়িল্তাল্লক্লবগি চীঙ্লেল্ লোক্থন্মগি লাইজ য়ীরেল্ পুঙ্দ অরা য়ীসো-লাংবগিদমক্পু চুম্লাওন চোংথখিয়ে। অতু নোংদিবু চুম্বংরো তৌন কৌরে।

থয়োয়রোল্ তাওথোং কাইব চম্নু লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন তাঙ্জ য়িকাইরবগি অয়দি তাইবঙ্ নমু পোঙ্বু রোইররোইয়ে। লাইরেল্ লেম্লই লউদহুম্ নোংমল্লগে। তুম্বী য়ীরাং কোয়দ নোংহাম্লগে হায়ন য়াউরউ সামকোয়, তুরেল মিংথাঙ্কোয় তুবান্ব মকোয় য়েনবু রাক্য়ই হিগ রোইন সলঙ্লউ কাউথ্রাঙ্ কোনবু থুমু নউগ রোইন পোন্বী

ৱায়রং চেক্ মাক্প পালচুম্বীনদি ভোংজেং হিনাও সান লাইজ য়ীরেল পুঙ্দ নোংমল্লগে হায়বস্তুঙ্ নোংমল্ ঙমদখিয়ে।

খয়োয়রোল তাওথোং কাইব চমু লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন মপল্ তাঙ্জ য়িকাইর মচু সেল্কোই ৱাগিবু চক্প মহারেংববু সমু নম্দ হুল্ন থেংকোইখিয়ে। সেল্লোয় চীঙ্লাংমইদ কান তরা চাথংদন নোংহাম্বী খয়োয়রোল তাওথোং কাইব চমু লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন চীঙমুং চাদারৈ লংমাই লউতারৈবু ৱোইন লাংৱোনখিয়ে। (লাংৱোন্দগী লৌথোকপনি)।

---

# ৪। শা-ঙা চাহৈ-চিলহৈদবা লৈশিং

খোমজিনবা :— খুৱেম চন্দ্রশেখর সিংহ
"পণ্ডিত/মাইচৌ"

লৌরেম্বম খোংনাং থাবা নোংপাল কোপী লৌসিংবা অনীমনা খুফাং চেপনা লোননা সমু থাংচপননা পাউহমজখিএ। হে মাইচৌ তবুংবা ইবুংঙো! লোইদাম থাজ ১২ (তরানিথোই) মদা য়েল্লাঙ্ করম্ববু য়েল চাহৈদবনো? সংলৌ করম্ববু থরায় পুন্নমগী থাজ য়েলহৈনবনো! হয়েং পোইরৈ চাদোন সুদোল তানথোং ময়ুং কুইহৌ লেমথোং মফৈ পাকপসু ৱাংঙম সুদোলসু নিলদনববু মালেম লৈসেম সৈওনবসিদা লাইরিক সিঙদা চম্না পাউতাকপীরমও। পাউহমখোনগীবু উরোক সাগৈমগী মাইচৌ "তবুংবন" না ৱাহমলকএ।

হে লৌরেম্বা খোংনাং থাবা, নোংপাল কোপী অনীমা উনবি পুক্নিং পীনা নাত্তাও।

১। লোইদাম সজিকোইদি থাজ চৈহৌথা মরালেন হায়বগীবু :—

লক্সু য়েল্লাঙ্‌ চানা থয়ো হুন্দোক্কপস্মু, ফুনিল য়েল্লাঙ্‌ চানগা সংলৌ য়েন্দংহৈদে।

লেমলৈ ঙা ময়োন্দি :— ঙাসেপ সাংবিচা লেমলৈ ঙাতাই হৈদে।

সারেল সা ময়োন্দি :— য়াওরৌ সজি সাবু সাতং হৈদে।

লাংলা লাংদোন থংনা সমু নাদা থেংনা ( য়েপনা ) চিনকদবনে।

উনবী পূক্লিং রাংপগী পাঙ্গল ময়েং তানা সকলেল কুচু মাঙঙে হায়দবরা ?

২। লোইদাম কাচেন থাজদি :— লোকলৈ সলচী সাবা, পুন্নে য়েল্লাঙ্‌ চানবু সংলৌ য়েলথুমানগা, য়েল্লাঙ্‌ য়েন্দং হৈদে।

সিংলেল কোনবি লৈস্মুং চিলহৈদে।

পুন্জি ময়েং তারিবনে। নমু মুংসিং লৈথুংয়ে হায়দবরা ?

৩। লোইদাম ইঙা থাজদি :— কোনপ্রেক য়েল্লাং চানা পুন্নমবু য়েল্লাঙ্‌ য়েন্দং হৈদে।

লেমলৈ ঙাসেপ সাবু চাহৈদে।

কাঙঙা ঙকসাংবীগী সারেল সা চাহৈদে।

সিংলেল সোঙকুলেলগা, মালেম লৈপাকুলৈস্মু সিংলেল লৈ চিলহৈদে।

মিংলেন য়াইখিবা, হায়া লোকপী তানফংয়ে হায়দবরা ?

৪। লোইদাম থবি ইংলেল থাজদি :— য়েল্লাঙ্‌ য়েলপক্লাক্‌, ককলা, খোমল অহুম্মবু য়েল্লাঙ্‌ য়েন্দং হৈদে।

লেমলৈ ঙা ময়োন্দি ঙাতেল সাগা, ঙারেল কোকপাকপীস্মু লেমলৈ ঙাতং হৈদে।

সারেল সা ময়োন্দি চেক্লা উফোঙ্‌ ফোঙ্‌নামৈ, কাইরৈ য়েলবু হাংনা সারেল সা চাহৈদে।

সিংলেল লোইবী হাওকা লৈবু চিলহৈদে। লোইদাম থরোই লৈ

সিংলেল ইকোল লৈম্বু লৈরাং অরাক তম্না সিংলেল্ চিলহৈদে। লোইদাম খা লৈমাদা কংচরগা সিংলেল লৈখাকপু লৈরাং লৈচিলহৌনে।

রাখোক রায়েল য়ামনা লাইরেল ঈশিং চাইবু লাইথুংহৌনে হায়দবরা।

৫। লোইদাম থরাইলু ( থরান ) থাজদি :— লোকলৈ সনচী সাখা, পুরৈ তোংতানবা, কোথা য়েল্লাঙ চানগা সংলৌ য়েন্দং হৈদে।

লেমলৈ সরেং খোইবীবু চাহৈদে।

সিংলেল থরোক্ট লৈ, সিংলেন চামেল্লৈ লৈরাং অরাক তম্না চিলহৈদবনা খোইয়ুম ললসা লৈনে। নোংদা লাইরেল পাখঙবদা কংলবগা চিঙঙ্ হৈমল-লৈমল ( নির্মল্য ) বু খুন্না সিংলেল লৈচিলহৌনে।

খোইয়ুম উসারৈবু লাইথুংলবগা খোঙথাঙ্ থুকম চুমদনা হকচাং নিকপবু লান্নংহৌনে হায়দবরা ?

৬। লোইদাম লাংবন থাজদি :— পাঙখোক্ য়েল্লাঙ্ চানা সংলৌ য়েলবুম, তেকতা, য়েল্লাঙ্ চানা য়েল্লাঙ্ অহুমবু তংহৈদবনে।

লেমলৈ ঙা ময়োন্দি :— ঙারিল, ঙরাংচাক্ অনীমবু চাহৈদবনে।

সারেল সা ময়োন্দি :— ঙান্থ চিনপাকপী, খরা মৈতুংঙা অনীমবু সারেল সাতং হৈদে।

সিংলেল উরিরৈ, লৈরাং মুঙাইকৈ লৈ ( মুঙ্গারৈ ) সিংলেল লৈ চিলহৈদে।

পুন্নাই :— লমহুন থুংঙে হায়দবরা ?

৭। লোইদাম আরে মেরা থাজদি :— মাইয়েল হৈতুপ মানবা, য়েল্লাঙ্ মনা মতোল সংলৌ তোকপনিংকোক ( তোক্লিংকোক্ ) কা, য়েল্লাঙ য়েন্দং চাহৈদে।

লেমলৈ ঙাময়োন্দি :— সরেং সমসাংবীচাম্মু, ঙানপ্, ঙাক্লিচৌ, ঙারা, ঙাসমচেৎ লেমলৈ ঙা তংহৈদে।

সারেল সা ময়োন্দি : – পোম্বী মুমথুম্ব চিংসোললৈমবু পোম্বী

ভেনোই চিনগোইবী, চোঙজা লৌওল হৈবী, য়াহোং তুরৈ কুপ্পা, য়াইফু সেপরাচা, পোম্বী সোঙাইলাবা ( চোঙারাবা ) চেক্লা পুন্নমবু চাহৈদবা মসেলনে।

সিংলেল :— খারম লৈসোক, পেক্রুকলৈ, সিংলেল চাদলৈ (চাদ্রৈ), লৈরাং চিলহৈদে।

হকচাং মতিক মাঙ্না তোলপল নিংথোগী থোয়া লীব্রী তংনবা রিলাই লাইথুং থুংয়ে হায়দবরা ?

৮। লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাজদি :— হংগাম য়েল্লাঙ চানা, পেরুক পেলাং চানা, য়েল্লাঙ্ উরেলাবগা য়েল্লাঙ্ য়েন্দং হৈদে।

লেমলৈ ঙা :— ঙমু নুমতোং তানবা, ঙামহাই চেপচংনবী, ঙাতং হৈদবনে।

সারেল সা ময়োন্দি :— ঈরোই তম্বুসা, উরীৎ নোংদম্বীচা সারেল সা চাহৈদে।

লুংকাউসাবা সিংলেল মুমিংলৈ লৈরাং লৈথেং হৈদবনে।

য়ারী লৈচাবী চবুম লাইবু থুংয়ে হায়দবা ?

৯। লোইদাম পোইমু থাজদি :— সেবোং ওইনম্বা, সেবোং লিমানবী, মনা মতোল পুন্নমবু সংলৌ য়েন্দং হৈদবনে।

লেমলৈ ঙাময়োন্দি :— ঙাক্লা, ঙারংচাক অনীমবু লেমলৈ ঙাতং হৈদে।

সারেল সা ময়োন্দি :— সাকু, লাংহৈ অনীমবু সারেল সাতং হৈদবনে।

লরাই লাংথ্রে, সিংলেল কবোকলৈ লৈরাং লৈচিল হৈদে।

য়ারী চবুম লাই থুংয়ে হায়দবরা ?

১০। লোইদাম য়াকুচিং থাজদি :— উসোই, সোইজিন, ইয়াই সিংনাইবী য়েল্লাঙ চাহৈদে।

লেয়ে ঙা ময়োন্দি :— ঙাতুপ, ঙাসাং অনীমা লেমলৈ ঙাতংহৈদে।

সারেল সা ময়োন্দি :— তেকপী ঙকচাও হাংনা সারেল সা চাহৈদে। থরোই, তেংবী ( থরাই কোকপী তেংবী ) সু চাহৈদে।

সিংলেল লৈ ময়োন্দি :— সিংলেল লৈরি, লৈসং অনীমবু সিংলেল লৈ চিলহৈদে।

খোইমুম লাইনা য়াজদে। পাম্বা কৈনিংথৌনা য়েংথিবনে।

খোইরাই কোকচীক লাইবু লাইথুংয়ে হায়দবরা ?

১১। লোইদাম ফাইরেল থাজদি :— কৈজা য়েল্লাঙ চানগা, ফকচেং, য়েনপং অহুম্মবু সংলৌ য়েল চাহৈদে।

লেমলৈ ঙা ময়োন্দি : য়ারৌ সবি য়াংমসু, থেংঙ সাসু সারেল সাতং হৈদে।

সিংলেল কিয়ামলৈ, লৈরাং সনা লৈসু সিংলেল লৈ চিলহৈদে। পামেল অহোংবা লাইবু লাইথুংয়ে হায়দবরা ?

১২। লোইদাম থবি লমতা থাজদি :— হরাই থাংপাক লিনাইবা, কেংঙোই য়েল্লাঙ চানগা সংলৌ য়েনতং হৈদে।

লেমলৈ ঙা ময়োন্দি :— ঙাচিং সমসাংবীচাগা লেমলৈ ঙা চাহৈদে।

সারেল সা ময়োন্দি :—থেবা লৌহৈচাগা, সওম সমফাবীসু সারেল সা চাহৈদে।

সিংলেল নোংপোকলৈ, লৈরাং মোদোম্রৈ সিংলেল লৈ চিলহৈদে।

মোংবা য়ুমলেল মুংদা অমন থরেল চন্না কুরৈ লৈকোইববু তানকংগদ্রিএ।

খৌরম অসি পূন্নমবু খোইমা লাং থুংঙদরবসিংগী অতিংকোক্ মরু সিদবগী সনা মখোঙ থাবু লেপ্পা তানকংঙনে হায়দবরা।

( শ্রীনাউরোইবম ইন্দ্রমনিগী থুংই লাইরিক্ —"নালেম লৈসেম সৈওনব" দগী সিন্দোকপনি। আর্টিকল অসিবু পীবিরকপগীদমক্তা ঐগী ইচা ইন্দ্রমনিবু থাগৎচরি )।

---

## ৫। থা ১২ গী ওইনা চাহি চিলহৈদবা পোৎশকশিং

অইবা :— শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ, পণ্ডিত
একাডেমী এৱার্ড রিনর ( MSKA )
এন্ড ভিজিটিং গুরু থাং-তা ( JNMDA )

১। শজিবু থাদা :— লফুথরো, ফুনিল লাইদা কংপা অমদি চাবা তৌহৈদে। লাং মতোল চিলহৈদে।

ফল :— পুক্লিং রাই, পাঙ্গল অমদি কুচু মাংই।

২। কালেন থাদা :— লোক্রৈ, পুন্নৈ, য়েংথুমান লাইদা কংপা চাবা তৌহৈদে। কোনবীরৈ চিনবা তৌহৈদে।

ফল :— পাঙ্গল কুচু মাংই।

৩। ইঙা থাদা :— কোনপ্রেক্ চাহৈদে। শংরৈ, লৈপাকলৈ চিলহৈদে।

ফল :— হারা থুংই।

৪। ইঙেন থাদা :— য়েনপং, ককলা, কোমোল চাহৈদে। হাওরৈ, থরো চিলহৈদে।

ফল :— রাথোক রায়ামই। ঈশিংগী লাইথুং পকএ।

৫। থবান থাদা :— লোকলৈ, পুন্নৈ কোথা চাহৈদে। য়েরুমলৈ, থরো চিলহৈদে।

ফল :— উশালাই লাইথুং পোকই।

৬। লাংবন থাদা :— পানথোক্, য়েনবুম, তেকতা চাহৈদে। উরিরৈ, মুঙ্গারৈ চিললৈদে।

ফল :— পুকলাই, লমহুন পোকএ।

৭। মেরা থাদা :— মাইরেন মত্তোন, তোকনিংকোক চাহৈদে। খারম লৈসোক, পেত্রুক লৈ চিলহৈদে।

ফল :— শিংলি শোক্লা পুক্কী লাইথুং পোকএ।

৮। হিয়াঙ্গৈ থাদা :— হঙ্গাম, পেরুক্, উয়েল লাবা চাহৈদে। ঙুমিংলৈ চিলহৈদে।

ফল :— য়ারী, লৈখা শোকএ অমদি চবুমলাই পোকএ।

৯। পোইন্তু থাদা :— শেবোং, শেবোং লিমানবী চাহৈদে। লাংথ্রে চিলহৈদে।

ফল :— য়ারীদা চবুমলাই পোকএ।

১০। রাকচিং থাদা :— উশোই, শোইজিন, তেংনৌমানবী চাহৈদে। লৈবি, লেশং চিলহৈদে।

ফল :— লাইনা চাথি, শা-ঙানা শাঙই।

১১। ফাইরেন থাদা :— ফৈজা, ককচেং, য়েনপং চাহৈদে। সনাবৈ চিলহৈদে।

ফল : অহোরাই থুংএ।

১২। লমদা থাদা :— হরাই থাংপাকপী, কোঙোই চাহৈদে। নোংপাকলৈ, লাংথ্রে চিলহৈদে।

ফল :— লমশি শি, ফুগামগী লাইনা শকএ, কথীরাই তৌএ।

( উমংলাই খুন্দা ভোমজ্ঞাম অহনবা তাং ১৩। ৫। ৭৮ ইং দা ফোঙখরে )।

# ৬। থাবানগী মতুংইনন্না চাহি চিলহৈদবশিং

অইবা :— শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ
একাডেমী এৱার্ড রিনর (MSKA)
এক্স ভিজিটিং গুরু থাং-তা (JNMDA)

১। নোংমা পানবদা চাহৈদবশিং :— হরাই থাংপাক্, হয়িং, ত্তোরবোং চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈশিং :— চহুই, চাহৈ চিলহৈদে।

২। নিনি পানবদা চাহৈদবশিং :— য়েংখুমান, লৈপুং খাংখ চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— লৈপাকলৈ চিলহৈদে।

৩। হুম্নি পানবদা চাহৈদবশিং : — খামেন, হৈয়োই চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ : — লৈহাও চিলহৈদে।

৪। মরৈনি পানবদা চাহৈদবশিং — মোংলোক হৈ, মুলা চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— কবোকলৈ চিলহৈদে।

৫। মাংনি পানবদা চাহৈদবশিং :— একচাকখোম্বী, হৈজাং নম্বোনবী চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— কোনবীরৈ চিলহৈদে।

৬। তরুকনি পানবদা চাহৈদবশিং : - কম্বোং, মোঙ্গামহৈ নীম চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— মুঙ্গারৈ চিলহৈদে।

৭। তরেৎনি পানবদা চাহৈদবশিং :— চেঙ্গুম, হৈরাংখোই, কোনা চাহৈদে।

চিঙাহৈদবা লৈ :— লৈশং চিলহৈদে।

৮। নিপাননি পানবদা চাহৈদবশিং :— লোকলৈ, য়ুবী চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— লৈ অয়াম্বা চিনবা ফত্তে।

৯। মাপননি পানবদা চাহৈদবশিং :— ঈশিং কোন্দোল, চুম্রৈ, খোংক্রুম চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— চিনথ্রাও চিলহৈদে।

১০। তরানি পানবদা চাহৈদবশিং :— কেংডোই, মুরাহৈ, কোলমনি চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈশিং :— খারম লৈশোক চিলহৈদে।

১১। তরামাথোইনি পানবদা চাহৈদবা :— তরাই উরি চাহৈদে।

১২। তরানিথোইনি পানবদা চাহৈদবশিং :— য়েল্লাঙ্, হঙ্গাম, হৈবোং চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— থম্বাল চিলহৈদে।

১৩। তরাহুমদোইনি পানবদা চাহৈদবশিং :— য়েন্দেম, চম্প্রা, খামেন চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— হন্থরৈ চিলহৈদে।

১৪। তরামরিনি পানবদা চাহৈদবশিং :— কাসারী, হৈবা, শগোল হৱাই চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— মোদোলৈ চিলহৈদে।

১৫। তরামঙানি পানবদা চাহৈদবশিং :— মাইরেল, হৈবুং চাহৈদে।

১৬। তরাতরুকনি পানবদা চাহৈদবশিং :— বাংগন, হৈমাং, তোরবোং চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :- উরিরৈ চিলহৈদে।

১৭। তরাতরেৎনি পানবদা চাহৈদবশিং :— জংনোমানবী, লৈপুং খাংখ চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— অরারৈ চিলহৈদে।

১৮। তরানিপানানি পানবদা চাহৈদবশিং :— কোক্কন, কাংগ্রৌ চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— কবোকলৈ চিলহৈদে।

১৯। তরামাপলনি পানবদা চাহৈদবশিং :— কোম্প্রেক তাউগ্রা, থবী, মুলা চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— অরারৈ চিলহৈদে।

২০। কুননি পানবদা চাহৈদবশিং :— য়েনথুমান, হৈ থাগোক চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— লৈহাউ চিলহৈদে।

২১। কুনমাথোইনি পানবদা চাহৈদবশিং :— শমংৱৈ, নীম চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— খুনুকলৈ চিলহৈদে।

২২। কুননিথোইনি পানবদা চাহৈদবশিং :— হরাই মঙ্গল, হরাই মতোল, হৈখা, কোনা চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— কুসুম লৈ চিলহৈদে।

২৩। কুনহুমদোইনি পানবদা চাহৈদবশিং :— চেংক্রুক, পুদোন, মুবী চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— মুমিংলৈ চিলহৈদে।

২৪। কুনমরিনি পানবদা চাহৈদবশিং :— হৈথাগোক, থোংজ্রাম চাহৈদে।

চিলহৈদবা লৈ :— মুমিংলৈ চিলহৈদে।

২৫। কুনমঙানি পানবদা চাহৈদবশিং :— হৈতুপ, কোলমনি চাহৈদে।

২৬। কুনতরুকনি পানবদা চাহৈদবশিং :— হৈনৌজোম হরাই উরি চাহৈদে।

চিলইহেদবা লৈ :— মুম্বিংলৈ চিলইহেদে।

২৭। কুনতরেংনি পানবদা চাইহেদবশিং :— পাংখোক, পাংগোং, হৈনৌ চাইহেদে।

২৮। কুননিপালনি পানবদা চাইহেদবশিং :— হৈরী, খামেন চাইহেদে।

চিলইহেদবা লৈ :— কুশ্রাউ মপাল চিলইহেদে।

২৯। কুনমাপলনি পানবদা চাইহেদবশিং :— হোংঙু, লফোই, শগোলহরাই চাইহেদে।

চিলইহেদবা লৈ : - লফুরিং চিলইহেদে।

৩০। কুন্থ্রানি পানবদা চাইহেদবশিং :— থবী, মঙ্গা, য়েনবুম চাইহেদে।

চিলইহেদবা লৈ :— পেক্রুকলৈ চিলইহেদে।

উমং লাই খুন্দা ভোলুম ২৯/৩০ শুবা সেপ্টেম্বর/ডিসেম্বরদা ফোংথরে।

খংবিগদবা :— মথক্তা পীজরিবা আর্টিকলশিং অসিদা চাইং চিলইহেদবা অমদি য়েলাহেলনচিংবা অসি ভাক্তা চংপীরবদি লাইথুং লাইনা কয়ামরুমদগী ভাকথোকপা ঙমগনি হায়না নিংজে। —সম্পাদক।

---

# ৭। লৈরোল

খোমজিনবা :— শ্রীময়োইরাংথেম নরেন্দ্র
শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর

### (১) মৈলৈ লৈসানা লোঙচুমপাল

হাওরে থানা পাংপা রম্তা খুনচান নিংথৌ চেংলউ লাম্থাপা মাথুম অাউ। মারুমগী রাংমু লোংতম্ চাম্ব খুন্তা পুড্। মানাইপা খুনচান

আয়াঙ্‌ হাউপাচানা চইরই চক্‌ফি চোল্‌ চোনথল। তেকপী রোক্‌লম্‌ য়িল্‌। কাতরেল সললম্‌ য়িল্‌না খুল্‌তা পুঙ। হয়রেম্‌ মায়ীম মাঙ্‌নি-কিতি তাওসুম্‌ মাঙ্‌। মায়ীম্‌ তুনিংকিতি মুংপীতুং খুনচাল্‌ চামাঙ্‌ কৌপতি কতৌ নোংকিনো।

ময়ুম হয়রেম্‌না তেংথানা। খুনচাল্‌ আসৈনা লাইচা য়ীরেল পুঙ্‌তি রীশিং তম্‌লেল্‌ চাউপা-সো কৌয়ে। লাইচা তম্‌লেল্‌ চাউরকৃপতা হয়রেম মচেৎমা মাপু তাউথোকলে। তাওসুম মাঙ্‌সো তৌনা কৌয়ে।

হয়রেম্‌ মাচেৎ পাংমাপু সেংচারউয়ে। সেংচামাঙ্‌সো কৌয়ে। মায়ীম্‌ হয়রেম্‌ তাওসুমাঙ্‌। মায়ীম মুংপীতুং। খুনচাল্‌ সেংচামাঙপু নাতৈ-ননা। মায়ীম্‌ খোংনিকিতি হয়রেম্‌ ঙা খোংনে। তেকপী রোক্‌না লালয়িকিতি রোক্‌নম্‌ থুম্‌তাপা খোংনে। য়াংলৈ তাওপা হুইনা লাল্ল-পাতি। তাওপা হুইপুক্‌ চোত্তাপা খোংনে। কাউরেল্‌ সল্‌না লাল্লাপাসুঙ্‌ সল্‌মই চোত্তাপা খোংনে।

লাইচা য়ীপাক্‌ থক্তাতি চোয়নৌ সানা হুইত্তোম্‌ মাল্‌পা পালয়ে। সংলউ মায়পোম্‌পী চাসুঙ্‌ রোঙয়ে। লাইচা য়ীরাংমা। হয়রেম্‌ মাপাল্‌ থোংতা হয়চোই বোং হয়ঙাঙ্‌সং সুঙ্‌ পালয়ে প'মেল্‌ উনাও রোয় তাইখাম্‌পা সুঙ্‌ রোঙয়ে। হয়রেম পুঙ্‌থক্তা থেল্‌মা থোনয়ে। থেল্‌-মাথক্তা পামেল উচাও পোক্‌য়ে। পামেল্‌ সাকী উকৈ মাতা হাউরৈ লাইনা পাংপরম্‌। কাইরই য়েনশিংনাপা সীঙ্‌লেল্‌ য়েনরুম লৈপু পাল্‌য়ে।

পামেল্‌ সাপী থেম্‌চা উকৈমা হাউরৈ নোংচুপ্‌লা পাংপরম্‌তা সীরাং খোঙ্‌ তেরা রোঙ্‌য়ে। পামেল্‌ উকৈমা নোংনেম্‌ থানা পাংপরম্‌ কোক্‌-লেল্‌ লুসী পালয়ে। পামেল্‌ সাপী উকৈমা হাউরৈ নোংপোক্‌লা পাংপরম্‌ থায়োয়রোল্‌ চক্‌পা ঙম্‌পী অঙ্‌চা সম্‌ফাপীতি রারোঙ্‌ন লৈ। মইতেংঙ্‌চা লইসা পামপা রাচাও লৈ। সীঙ্‌লেল্‌ চা-মুরা লৈপু রোঙ্‌য়ে।

পামেল উতোল্ থক্তা কোরউ ঙমথংনা রাঙ্পল ঙমলোন্ননা লৈসানা লোঙ্চুম পালয়ে।

মায়ীম্ হয়রেম্না তেংথানানা মেললৈপুতি লৈ সানা লোঙচুম্ পাল্অো কৌয়ে। পামেল্ উতোল থক্তা লৈ সানা লোঙ্চুমপাল্পু খুনচান লৈমা থম্লাং কাপী লিলস্বুরোল লাকৃহি থোমপী। চইরই লীকৃলৌ পাল্পা তুংথাংনপী। তেরই রোংপা মাচন্। খুন্চাল্ লইমা থম্লাং তাওপীনা রীতু থোম্পা নাহা। পামেল্ পমসিং হৈপাঅ তল্লা থাঙ্রায় রাঅ। পামেল পমসিংলও! সীঙ্লেল্ আসিপু মাথানা মচু থউ। লৈরাং মাথানানা মারাক্ চাম্পনা হাল্লাকানে। পামেল্ উতোল্ থক্কি। সীঙ্লেল্ লৈ হেকপিঅ হায়না থৌনেক্পাপু। মাতু থোমপা নাহানা পামেল্ উকাপাপু তল্লা আওন্পা পামেল্ অরেমপা নিক্কিনা তল্ল। উতোল লোম্ঙম্তে। পামেল্ থাঙ্তপ্ পায়না হল্রাইরক্য়ে।

তেরৈ রোংপা মাচন লিন্স্বুরোল লাকহি থোম্পীনা শীঙলেল্ অসিনা মাচু থউ। লৈরাং মাথোক্ লোয়খিপানা হাল্কানে হায়না কনলক্পা তুকুম্পাপু তক্লাও সিতং সোল্না কাচেং থাঙথোঙ্ চয়সৌনানা কোরও থোইনা য়েং রাংপল পাংনা য়েংনা সোল্মোমখিয়ে। হয়রেম্ চন্নুরা সিংঙো চিন্পীকুনো। খুনচাল্চা পাখংসিংরে। থেংনা পীকুনো হয়রেম চান্নুরানা চিন্না য়ীকিতি মোম্থু তাঙ্চা সম্চি কক্না থৌখাম্কে। খুন্চান্চা পাখংনা থেংনায়ীকিতি পান্পা সম্চিন্ কক্না থৌথিংকে হায়খিয়ে। হয়রেমচা পাখসিংস্বুঙ্ চিল্হল্তা। খুনচাল্ চান্নুরা সিংস্বুঙ্ থেংহাল্তনা থৌখাম্খিয়ে।

কোরউ স্বুমিং মাতি মাতু চিঙ্য়াচা তেলহৈপা। রাংকোল্চা খুংচুমপাপু থৌনেক্খিরে। রায়রা তেপুম্ মাকা সীঙ্লেল্ লৈরাং মাকা সিল্নানা লৈ হেক্খিয়ে। অতুনোংকিপু চিঙ্য়া চা খুংচুমপা। রাংকোলচা তেল্হৈপানা রায়রা তেনপুম্ মানা কাপ্থা লৈনৈ। তেরৈ রোংপা

মাচল্ লিল্সুরোন্ লাক্‌হি মোম্পী। লৈরাংনা লোঙচুম্ পালজো ভৌনা কৌয়ে।

## ২। খোইচু ভোলোংবা

জমলেল্ মাভাইমা পাল্বা খোই। খোইথেক্‌চা। খোইয়াচা। কক্‌য়া তীন্‌পাল্ খোই। থোঙলেল্ তিল্‌পাল্ খোই। হাউরা শেলতাং খোই। মেল্তে মেল্‌নাং খোই। মোইরী খুলভা খোই। ময়েংঙ্ সেপী মুংয়ামপা। মাখান্ খুন্‌ডম্ খোই। হুয়েলচা মায়ডাঙ্ ফানা খোই। মারাম খুলঙম্ খোই। খৎচারাং মিংনাইবা ফানা খোই। খোইচু ভোল্লোংবারো কৌবত্তি কভৌ নোংকিনো।

কেকে উয়া থাংপী হন্‌কা। নোংপাল্ থেক্‌লউ ঙাকপাকা। থ্রঙ্ খোইমুচাগা ঙাইতে লউসং থক্ক। কোঙ্‌য়াঙ্ য়ারী তারী খোংব-মরাক্‌খঙ্। হুত্তা পাইবা য়াক্ রোই। চিলপাল্ তারি খোংনা। খোলরোন্ য়াক্‌পু। তউরেল্ খাঙ্তা পোপ্তাবা। য়াকমা খৌসেল্ নাইত্তাবানে। পাখৌরো কোঙ্‌য়াঙ্ য়াতারি। তারি রেংবা মরাক্ খাঙ্ অসিপু। আয়িম নোংপাল্ ইপুঙ্ য়ায়তামুঙ্ তোয়নারোই।

পাখৌ নঙ্‌সুঙ্ কে কে নাপুঙ য়ায়তা তোইকুনো। পাখৌ ইপিংঙা খাঙ্‌লেল লিহই ঙাক্। লোইমোম্ লীসঙ্‌পাত্তা ঙাইতে লউসঙ্ থক্ক কোরও নোংতাম তানা তোইনাসে। হায়ন পাওমেল্‌নবু। কে কে থাংচিঙ্ হল্‌না পাখৌ সাল্‌ফোঙ্‌তানা ঙাঙভোই মাপুঙ য়ায়তা তোয়ন-খিএ। অতুনোংকি তওরেল্ খাঙ্তা পোপ্। য়াকমা খৌসেল্ নাইবা য়াকি। য়ারোঙ্‌নখিয়ে। পাখৌরো য়াকমা মসেল্ নাইরে। তাউরেল্ খাঙ্তা পোপ্‌লে। কেকে নাপুঙ য়ায়তা তোইনারিঙৈনে। হায়না য়ারোইখিয়ে। পাখৌ নোংবাল্ থাঙ্। নউঙাবপা থ্রঙ্ খোইমুচা নঙ্‌নতুম নোংপাল নপুঙ্‌য়ায়দ। কোয়নখনরিঙইনে। হায়না পাওথুম্-লপাত্তা। তৌয়িকিতি কে কে নাপারমন চুম্‌সেনো। নোংপাল ইপুরমন

খঙস্নো চায়ন থোইচু তোল্লোঙ্ ইক্। খাম্পী মইগু খুনা। চকমোম খাম্পী মইতা ইকন চুয়খিয়ে।

ময়পী তান্কোই পাইবা মইখু নোংলোল কাবানা কে কে নাপাম্নম্তা ছুমলবসুঙ্ পাথৌ নঙনা তোইনরে। নোংপাল্ ইয়ুম্ নাকপু তমনা ছুম্লপাসুঙ্ পাথৌ অয়পু সমু তুংতা লইরো। পরই লাল্কা সারো হায়না চুম্নাখিয়ে। মইপী তান্কোই পাইবা। মৈখু নোংলোল্ কাবনা কে কে মপাল্ লম্পু তমনা ছুম্লবাকিনা পাথৌরো। খোইমোম্ লাইনা চুম্লে হায়না কে কে উরা থংগীহনবু তউরেল্ খায়পক লউনা সামু তুংতা লইন পুল্লম্এ। তৌপুন্রো কৌএ।

আতু নোংকিপু থাঙ্তেক খোইমুবা রাচুন খোই খোইচু তোললোংবারো তৌনা কৌএ। চকমোম্ খাম্পী মইকা খুনা কাসা পাওতাক্ খোই খোইচু তোললোংবনা লম্লেল্ ইংথোঙ্লেল্ থোঙ্লেল্ তাইগী লাংথা পল্তা। পেঙ্লেল্ মনম্ সীনা খোইচু মাপাল ফারক্লে। আতুসুঙ্ নতোমতে।

### ৩। লাইসম ভোল্লাঙ্বা

শীঙ্লেল্ লৈপুনসি, লৈরাং মচু থউতাবা, তাওগী মারাক্ চাম্তাবা, মোংবা সুম্ লোনতাবা, য়াওরা সুম তাও হান্তাবা লৈপু ইয়িঙই য়োয়মায়ায় তাওতল্বান তাওরোয়নাই অতৌবা পল্লেম্ মনা থৌপী লয়মাজা, কোরও নোংপু পংখোল্পী মাল্লেম লয়পু লুগী চাসুনা মাপারী মতাপু কোরও লুমিংমাতা সাংমানায়ে। মাপারী অমা হান্না সাংপাতি থাঙয়িকুম্ চিসাংনারে। লোইমোম্ তুকুম্পাপু পোম্কংনারে। মাপারী অংতি মাল্লেম লইতা হনখিয়ে। লইসৌ খোইমিং রোইখিয়ে। লোইমোম্ ফউরোইগীকি হয়না মাতুং ইল্, সানা মামই রায়খিয়ে। থাঙয়ি মোরসি, লোইমোম মাঙতগীপু সাল্রোনখিয়ে।

মপারী অমাতি কাইরই য়েলসুমকুম্বু পোমকংনরে। মাপারী অমাতি কোরও নোংতা কানা কোরও চুপ্মিতাং, রাপল লুমিতাংপু

সাল্রোন্খিরে। য়াউরউ সা সংঙাই, সংঙাই লাম্পীচাকি, য়াউরউ সাতুং ইল্, সাঙাই মামই রায়না, য়াউরউ অহিং মিংপু রোইখিরে। মপারী তাওহুইরেং আহল্বতি খ্বায় নোংচেল্পম্ পিপা, য়েকুম হাউতংলা, নামু পোংঙা রাচা তন্বানা লাংয়েল কোঙ্য়াঙ্ রাসারী, য়াংলই কুনতমলি, হঙোই তৌকাপলি, নাওরা খোইচু তেল্, কাসাল্ য়োংকাপ তেল্ন চয়পীরে। মরিং খুন্দী রোক্ চাথা য়াপী রোক্। খুলপী মায়েং চিঙ্ হাউপা পুতাংবা চাংকোয় লোকত লুতুরে।

মাপারী য়োয়বা তাওতলবা, তাওরোরনাই অহল্বদি মালেম্ চিথেক্ মরিম, মাইকই নিপাল্ম, মুংতাই তরা তরুকুমকুতা, সনথোঙ্ ময়ায় থায়, কংলই পুম্ন ঙাল্লে। লোইনাই খুন্নোম্পা রাক্চিঙ্ লউঙা ঈন, খানলৈ লউকোয় ইন্কুম্ন লাৱায় কোইরেল থক্ত থপী লেপ্না থল্ন মইনে হায়তাপ্রা? পারি অতোন্নতি ন্নিং মনাউ ঙাইতে য়ঙ্গ কৌএ। মাপল্ থৌপী লয়মাচা ঙাইতে ঙম্বতি নানা হুকুমন হামল্পাকি, য়াঙমন্ কাইমল্পাকি থোংনাং মায়াং য়োংলু কাও সৌ সারাকুতা নোংহাম্লে। য়ারেন খোংচি তোলনা লিক্কোন সম্না মাল্পাপ্ রোই-খিয়ে। থীক্লেল্ মাথা লুংনা মোইপুং ঙানোয় মান্বাপু রোইখিয়ে। নাকুলু মোইফাং তোল্না থাঙ্সিং মাচি নাইবাপু রোইখিয়ে। থাঙ্চা মাসম্ তোল্না লাইসন্ তোলোঙ্পা রোইখিয়ে।

থৌপী লয়মা মাচা ঙাইতে ঙম্পা তাঙ্চা মাসম্ তোল্না রোইখি লৈ, লাইসন্ তোল্লোঙ্বা, চিঙ্লুং চেংঙা চামুনা হুম্লালৈ, কাঙ্বা লাংতাং থুনঙম্ লৈ, লম্বু থাঙ্বা পুরুন লৈ। য়োয়পু রাক্চিঙ্ লয়মা সংসা ঙম্বী থাল্লে, লওকোয় লৈ। মাতু আঙৌবা নিংথৌ তোরানা থোঙ্লেল্ নিংথৌ কোল্না ফাবা রমতা লাংকোই সেল্কোয় নাকুথং তাইখোম লৈ, নামোম্ নোংপাল্ লোল্ থম্বা ফানী, খোক্তোল্ পুঙ্ লৈ, সারা চম্বুল লৈ, রাংলই অয়াক্পবু য়ারেন্ খেংফাং থল্না য়াহৌরবতা সীঙ্লেল্ মসিঙ্ থীঙম্দ, লৈরাং মাপুম্ কয়া সুনকে পাঙমদব লৈনে।

থউবী লয়মাচা ঙাইতে ঙম্পা তাঙ্জ মাসন্ তোল্না রোইখি লৈ। কাউরেল্ সলরাম্নাপা লৈ, তায়ন্ নাইরাম্নাব লৈ, কাঙ্পা লাংতোল্ খুনঙম্লৈ, লয়প্ থাঙ্ব পুরুম লৈ, সারা চুমপুল লৈনে। সীঙলেল্ লৈপুনসিনে। আতুম্বুঙ মতোমতে।

## ৪। ক্বাকৌৈ

মাংাইরেম্ কাপুই ক্লংনাংচা, লোইপী চারেং আথৌপানা থোংনাং নাতইনা মায়াং ঙমলোন্নানা হুয়েল্ লাল্ত্ নোংতা থোংনাং ময়াং ক্বাক্ লাম, অথৌবব্ কাইনা হুনঙইতা পোল্পী রোনথোক্পা চেক্লা সোঙ্-তাপা মায়াং কুবাক্ চেক্পু নাঙবা কোঙ্কোই লাংনা হায়রক্এ। মইতেংঙ্ কোরঙ নোংথিল্ চাইপা হুইয়েল্ ক্বাকপু ফাপাতা সীঙলেল্ লৈপুল্সা লাল্লু খুত্রা সুনা পাঙতম্ লৈনে। কৌপুই ক্লংনাংচা, লোইপী চারা রেংনা থোংনাং মায়াং ক্বাক্লামা অহৌপা ফানা লৈপু নইতেংঙ্কাই-নউ চালাম্পানা সীঙলেল্ মানা সেং, লৈরাং চুম্না পুল্না সীঙলেল্ কোক্ত চিন্ লৈরাং লুতা পেৎনা ইম্নুং সোয়য়ায় নাতা ক্লুঙ্কা লাল্তা লৈ। হুয়েল লাল্ নিকিতি লোইপী ক্লুঙ্কা মানিংথৌ তরেৎ শেলক্বাং রইনা চক্নোম্ থাম্পী মইকা লিংনা, হেন্পা কারাঙপা হুয়েল্ সেল্-লিংপা অথৌবপু ফানা লৈনে।

মইতেংঙ্ কাইনাউ চালাম্পা মরেই খঙ। ক্লুঙ্কাই লালতা লৈনে। হুয়েল্ সেল্লিংপা ফানা লৈনে। কৌপা চিঙ্লেল্ নোংকা ঙালতারিঙইংঃ হুয়েল্ লালমোক্ লৈ, থোংনাং মায়াং ক্বাকলৈ, মোংপা স্বন্নিং লোন্তনা, য়োরা স্বন তাঙ হান্তপা লৈ, সীঙলেল্ লৈপুনসিনে। লৈরাং আতুম্বুঙ মাতোমতে।

## ৫। খোঙগন মৌল্লে

ময়তেংঙ্ চইকুন খেক্প, হুয়াম ফাবন তুবী খোয়পুঙ্ মরৌ চাঙনা ময়ুম কে কে মোইরাং সান, খাঙ্লা চয়োম্বন, তাঙখোপ্ খনথাংনন, নেলবী হমদ তান তুম্মু য়াগ চায়, খারা খেনচঙ্ কীল্. খুর্বী

মইমাঙ্ চল্, সোয়ব্ মইতান্ পক্ন পলথেংববু সেল্বী তানদবন ময়ৎেংঙ্, হুরাম্ ফাব মদাইরেম্ ইরম্বু চক্পরম্বু কোনথাং লাইচাওবরো য়েল্লাং নঙ্গি নথৌরাং সংলও নঙম্তম্বু নয়ুম পোইরৈ মইতইন সেল্বী ইপুঙ ভাক্ কবো ইরৈ কায়রে। নঙবু লাংবল কারোঙ্ খুংথমগে হায়ন সম্লাং তারইন পরই লালকা সারে।

চক্প লম্বু কোনথাং লাইচৌবন সেলবী য়াম্ম ডায়, কবো ইনাও ডায়ব সিংরে' ওাইরখিরো। অয়ুম পোইরৈ ময়তৈদি, কোঙয়াঙ পোন্চেংসা পোন্জেং লায়চম্ থল্, লইয়ৌ থাংবরান্, ভরা চয়োম্ নঙইনে। নোংম্বায় থুমল্গিদি লায়রা চেপ্সিলও লৌলোক্ মথং খল্ন লায়র চয়োম্ নঙইনে। ময়ুম কে কে মোইরাংনিগিদি তওথোক্ খনথাংন খাঙ্না চয়োম্ নঙইনে। সেল্বীন পল্থোঙ্দ ভরা চাকথোক্কম্বু মিংয়েং সানখৈন চেংলও মিংথিৎ নরুসেয়ে। পরই অয়বু লম্সাহিকুনো হায়ন মিংয়েং সান্খৈরুবদ ময়ুম কেগে মোইরাংনে খঙ্ন চয়োম্ন, তওথোপ, খনথাং ঙমলে। ইরম্বু কোন্থাঙ্ লইচৌব নঙ্বু লৈরাং আতেংডাবু রা রোইরে। ময়িম কেগে মোইরাং ঙম্লে। নয়িম পোইরৈ ময়তৈগি অয়িম সেল্বী তুম্মুগ কেগে থেংমন্ন, মোইরাং ঙম্মনসে।

হয়েং লোইদান মম্বুং রোইরকুলবদ সীঙ্লেল্ অসিন মপাল্ ফা, লৈরাং ময়াই কারকুলবগ হুয়েল লাল্ হৌরকুরো হায়না সীঙ্লেল্ লৈপাল্ মবু সেংন খায়নখিয়ে। লৈরাং মপাল্মবু খাইনখিরে। মই-তেংঙ্ হুয়াম ফাবদা হায়রুরো। লৈরাং অসিবু খুমু হূল্ সীংলেল্ মরোং খাইরবগ হুয়েল্ লাল্ হৌরকুকে হায়না খোল্রোঙ্ লৈ। কেগে ঙাল্খম্মায় খায়ন হুয়েল লাল্তা লৈনে। সীঙ্লেল্ কোক্ত চিল্লবম্বুঙ্ কোরও হুমিং চুপন মাল্লেম মানা লোইরবম্বুঙ সীঙ্লেল্ মচু থঙ্দব লৈনে। লৈরাং খোক্কন নামিব সীংলেল থুমু হূল, লৈরাং খদাঙসা; সীঙ্লেল্ লৈরাং খাইরকুলে। আতুম্বুঙ মত্তোমত্তে।

থৈরে।



## I আইবগী ফোকাওখ্রম লাইরিকশিং—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | খিনম শৈরেং | মমল— রুপা | ৬.০০ |
| ২। | লোয়ুম্বা শিনযেন | ,, | ৫.০০ |
| ৩। | মণিপুরী কলাকার অহানবা শরুক | ,, | ১০.০০ |
| ৪। | ,, ,, ২শা ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৫। | শক্লাইবশিংগী পুঁথি বারী ৩শা ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৬। | ,, ,, ,, ৪শা ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৭। | ,, ,, ,, ৫শা ,, | ,, | ১০ ০০ |
| ৮। | অরোং নন্দকুমার লাইবু নিজবা | ,, | ১০.০০ |
| ৯। | খিনম বাগেং ১শা শরুক | ,, | ১০.০০ |
| ১০। | ,, ,, ২শা ,, | ,, | ১০.০০ |
| ১১। | লিংশিং চেকোং ২শা শরুক | ,, | ১০.০০ |
| ১২। | লাই হরাওবা লাইশোন | ,, | ১০.০৭ |
| ১৩। | উমাং লাইশোন ২শা ,, | ,, | ১০.০০ |
| ১৪। | লুম্বাংলোন খোজুম ( সম্পাদন ) | ,, | ৫.০০ |
| ১৫। | শাকোক লমজেল অহানবা | ,, | ১৫.০০ |
| ১৬। | ইনাংকী হরাও কুম্মৈ কাচা/পাকা | ,, | ৭৫.০০/১০০.০০ |
| ১৭। | হরাও কুম্মৈশিং অমসুং রাগশিং ,, | ,, | ৫০.০০/৭৫ ০০ |
| ১৮। | লুভলোন থবাল ,, | ,, | ১০ ০০ |
| ১৯। | মশিল ,, | ,, | ২৫.০০,৩৫.০০ |
| ২০। | রেনলোন-য়েনহেন ,, | ,, | ২৫.০০/৩৫.০০ |

## II চোকাওশিং—

১। মৈতৈ নৈমা তোপ্লুম ১—১১
২। উমং লাই খুল্লা ,, ১—৫০

## III নম্লগদবা লাইরিকশিং—

১। শক্লাংবা হরাওবা অমসুং "লাইশোন ২। জ্যোতিষ প্রদীপ ৩। এনসাই ক্লোপেডিয়া তোপ্লুম ১—৪ ৪। লোইরাং কংলৈরোন লমুবা ৫। নৈরোল ৬। কোম্বোকাম নোঙাল্লোল ৭। হরাও কুম্মৈশিং অমসুং রাগশিং ( ২শা শরুক )।